# লৈহৌ-নোংহৌ

( অহানবা শরুক )

ফোংদোকচবা
পুখ্রম্বম কালা মোইরাংচা
চীংঙামথা তোমাল লৈরক ময়াই লৈকোই
কংলৈপাক, ইম্ফাল।

লৈহৌ-নোংহৌ অহানবা শরুক উনমজবা মশিং ১২০০

পুথোকচবা চহি জানুবারী ২০, ১৯৮৫

লৈহৌ-নোংহৌ অনিশুবা, অহুমশুবা, মরিশুবা, ইমোইনু অহোংবী তুংনকম থৌনিনবা তেংথারোন, পুন্না লাইরিক মরি অসি হৈরাংগোইথোং কেঃ ডিঃ প্রেসতা নম্ননবগী থৌরাং তৌজরে।

প্রেসকী মীশিংগী মমিংশিং

১। ক্ষেত্রিময়ুম জয়কুমার সিংহ, চীংঙামথা ক্ষেত্রি লৈকাই।

২। খ্বাইরাকপম ইবোচা সিংহ,

৩। তখেলচংবম দামুদর শর্ম্মা, বামোনকম্পু।

৪। ওইনাম ইবোতোম্বী সিংহ, পিশুমথোং ওইনাম লৈকাই।




মমল লুপা ১০/-

# লৈহৌরা

লাইরিক অসি মোঙ্গু তাইবং মীওইবনা থাম্বী মৈয়াইন্দুনা মালেমদা তিনগ্রবা মতুং ইন্নুং ভানবদগী হৌনা লাম্ন থৌরম য়ৌদ্রিবা ফাওবগী মচুংদা পন্থৌগী মাঙ্গোল য়োইকোম্নুংদা লৈকাই পাফংথো অহন-লমন, ঈমা-ইবেলশিংনা ৱাইথুংলরবদা, মোংবা মাগী মরান-য়াইদা মপুগী খুয়া থম্বাল খাদা হৈরাং-লৈরাং কৎতুনা, অসে খোংফাং লেংনা তিন, ৱাংলেন পুংখৎ তোইনা মপুগী কোনলোই মিংথৈলেন অথোইবৰু শৈশক শৈতানরম্মী হায়তুনা পারম পুরমচৎকী পাথাংকোক্লা চৎনরম্বা, পুথাংকোক্লা থম্বীরম্বা মৈতৈ ইনাৎ অসিৰু (কোনোক থেঙ্গ্রা) লাইওইবা ইপু মাইচৌনা মৈতৈ ইয়েক্তা ইদুনা তুংলমচৎকী ওইন্নবা, লিকলম তাকপনা মপুনি, অখংবনা পন্থৌনি পলেম্না শিন্থানি. লিকলমদা কাংখুল হল্লগা মরু থাতুনা থম্বীরম্নবা (পোম্বী-লাং) কৌবা পুরা অসিৰু ( নোংথৌ থক্তা লৈচিন খোংনেৎ-নগ্রবা থাংমৈবন্দা লৈবা ওক্রম নিকতাই মাইচৌ ( মোইরাংচা ) অসিদগী চীংখুদা লৈবা মৈরাম অঙাংজাও (খুমনচানা) লৌরগা চেৎনা লুনা লাইগুন্না থম্বীরম্বদগী ফংজতুনা শিন্দোকচরগা, ঐবু পোকপা পন্থৌ পুখ্রম্বম মাঙ্গোলজাও মোইরাংচানা ময়াথং নোংহৌরিবতুনা, খুনু মখোংদা সমলোবা লৈতনা ফোংদোকচবনি। ৱাহৈ-ৱাতা ময়েকচিংবা অয়োন-অরান অশোইবা পুন্নমক তাইবংনি খন্দুনা চুথোকপিতুনা তুংলমচৎকী ওইনা মৈতৈ ইনাৎকী লাইরিক অসিৰু লেংদবা উরেং শিনবায়ু হায়না খাই তরাগী মফমদা নোংহৌজরি, পুন্সি চুপ্পা খ্বাই তরাগী লমন তোনশিনজরে। হৈ-হে-হৈয়া হায়ুম।

থৌপুবা
পুখ্রম্বম কালা মোইরাংচা
চীংঙামখা তোমাল লৈরক ময়াই লৈকাই।
কংলৈপাক, ইম্ফাল।

# নোংহৌবা

মৈতৈ ইপা-ইপুনা থম্বীরম্বা, পুরা লিকলম বয়াবু থিবা হংদবনা পুক্লিংদা অখা থোকনা লিয়োন্দুনা লৈরুরবা, পারম পুরন-চৎকী পাথাংকোক্লা চংনরম্বা পুথাংকোক্লা ইয়েক্তা ইতুনা থম্বীরম্বা, মৈতৈ ইনাৎকী পোস্নী-লাং কৌবা পুরাদগী শিন্দোকপিরগা, নৌহৌননা লাইরিক অসিগী মমিং ( লৈহৌ-নোংতৌ ) কৌনা, অথুপ্পা লৈতনা খ্বাই তরাগী ওইনা ফোংদোকপিরক্লিবা থৌপুবু, মৈতৈ অমগী তৌকম থোকপা ইথৌদাংনি খনবীতুনা, মতুংদসু অরৈবা মৈতৈ ইনাৎকী ওইবা লাইরিক পুন্নমক ফোংদোকপিরক্কনি হায়না আশা তৌজৈ অমসুং হন্না হন্না রাহমজরি ।

নোংহৌজবা
হিজম ইবোতোন অঙোমচা
চীংঙামথক নামৈরাকপম লৈকাই ।

---

# তেংবাংবিরকপশিং

১। অসেম সক্কমন মোইরাংচা, চীংঙামথক নামৈরাকপম লৈকাই ।
২। য়ুম্নাম নিলকুমার মঙাংচা, লিরা সোরোখাইবম লৈকাই ।
৩। হুইদ্রোম মণি মঙাংচা, ককবা হুইদ্রোম লৈকাই ।
৪। লাইশ্রম চন্দ্রমণি খুমনচা, ককবা মখা লৈকাই ।
৫। হিজম অচৌ লুরাংচা, খোংমন ময়াই লৈকাই ।
৬। কাংঙম জীতেন মঙাংচা, সগোলবন্দ মন্ত্রিময়ুম লৈকাই ।
৭। তাওরেম মণি খুমনচা, কৈরাও দারিয়ালাকপা লৈকাই ।
৮। খুলেম তপাবী খুমনচা, নাওরেমথোং খুলেম লৈকাই !
৯। খোইরোম বাবু মঙাংচা, হৈরাংগোইথোং মাইবম লৈকাই ।
১০। পুথেম মোহোরী মোইরাংচা, কৈরাও রাংখেম ।

১১। পুণ্ডশ্বম ইবোতোম্বী মোইরাংচা, লংথবান ফুরা মখোং।
১২। ইরোম তোম্বী মঙাংচা। চীংঙামখা ইরোম লৈকাই।
১৩। রাজকুমার স্নাজাওবা মঙাংচা, উরিপোক অচোম লৈকাই।
১৪। খোঁদাম বোর মঙাংচা, হৈরাংগোইথোং, অহোংশাংবম লৈকাই।
১৫। য়াংলেম ইবোমঙা খুমনচা, লুৱাংশংবম মনিং লৈকাই।
১৬। লাইশ্রম কেশো খুমনচা, হৈরাংগোইথোং অহৈবম লৈকাই।
১৭। মুতুম তোম্বী মঙাংচা, শিংজমে চীরোম লৈকাই।
১৮। সারাংথেম ভৈগ্য খাবাচা, হৈরাংগোইথোং অহৈবম লৈরক।
১৯। অহোংশাংবম শ্যাম খুমনচা, উরীপোক অচোম লৈকাই।
২০। ঙাঙোম যুগিন্দ্রো মঙাংচা, চীংঙামখা য়াংলেম লৈকাই।
২১। থিংবাইজম জয় খুমনচা, হৈরাংগোইথোং মাইবম লৈকাই।
২২। ইরোম মংলেম মঙাংচা, হাওবম মরক ইরোম লৈকাই।
২৩। মাইবম ইবোচৌ খুমনচা, চীংঙামখা মাইস্নাম লৈকাই।
২৪। খোকচোম ইবোয়াইমা মোইরাংচা, চীংঙামখা মাইস্নাম লৈকাই।
২৫। ৱাহেংবম রাধা লুৱাংচা, ,, ,, ,,
২৬। মাইবম ইবোহল খুমনচা, ,, ,, ,,
২৭। কোনসম শিতলজিৎ মঙাংচা, নম্বোল অৱাং কোংখাম লৈকাই
২৮। মাইবম তাম্রা খুমনচা, চীংঙামখক ইরোম লৈকাই।
২৯। হৈরাংখোংজম মঙ্গী মঙাংচা, সগোলবন্দ শয়াং পুখ্রি।
৩০। ৱাথম নিলকমন অঙোমচা, সগোলবন্দ মোইরাং হম্নু লৈরক।
৩১। য়েংখোম বীর মঙাংচা, ওইনাম থিংঙেন।
৩২। সলাম বাবুধন লুৱাংচা চীংঙামখা য়াংলেম লৈকাই।
৩৩। তখেল্লম্বম ইবোপিশক মঙাংচা, খুন্দ্রাকপম চীংখু।
৩৪। খোমদ্রাম শ্যামকিশ্বর মোইরাংচা, হৈরাংগোইথোং মাইবম লৈকাই।
৩৫। মোইরাংথেম তোম্পোক মোইরাংচা, হৈরাংগোইথোং মাইবম লৈকাই।

৩৬। নাওরেম নিলমনী মঙাংচা, চীংঙামখা য়াংালম লৈকাই।

৩৭। খোঙাম বীর খাবাচা, ফৈজা লৈতোং।

৩৮। উরিকখিনবম চন্দ্রকালা অঙোমচা, কোংবা খেত্রি লৈকাই।

৩৯। ওক্রম তিজেন মোইরাংচা, চীংমৈরোং মমাং লৈকাই।

৪০। হাওবম অমুবী খুমনচা, সগোলবন্দ মন্ত্রি ময়ুম লৈকাই।

৪১। কৈশাম ইবোবী মঙাংচা, হাওবম মরক কৈশাম লৈকাই।

৪২। য়ুম্নাম গীন্দল মঙাংচা, খুয়াথোং পোলেম লৈকাই।

৪৩। উরিকখিনবম খোম্মৈ অঙোমচা, রাঙ্গোই খাইদেম লৈকাই।

৪৪। সানাজ্রাম ইবোয়াইমা অঙোমচা, হৈরাংখোইথোং অহোশাংবম লৈকাই।

৪৫। খ্বাইরাকপম ইবোবী মঙাংচা, হৈরাংখোইথোং মাইবম লৈকাই

৪৬। সাগোলসেম পাথো মঙাংচা, রাইখোম লৈকাই।

৪৭। পুখ্রম্বম একাতোম্বী মোইরাংচা, চীংঙামখা ময়াই লৈকাই।

৪৮। ,, গীরী ,, ,, ,, ,,

৪৯। ,, ইবেতোম্বী ,, ,, ,, ,,

৫০। ,, কুমারজীৎ ,, ,, ,, ,,

৫১। ,, ইবুংঙোমচা ,, ,, ,, ,,

## লিকলম্ তাক্পা

১। মালেম্ লৈশেমম্বা।
২। চায়োল্ তারেৎ পোক্পা।
৩। লাই-মী পোক্পা।
৪। মালেম্ কোইবা।
৫। থুন্দা অহান্বা।
৬। থা ১২ গী মিংথোল।
৭। লাইনিং লম্বী।
৮। সিবগী মরম্।
৯। লাইরম লুতিন্।
১০। মুমিৎ তারেৎনিদা পিহৈদবা।

# লৈহৌ-নোংহৌ

ছুঁ শিদবা মপু ইবুংঙো, মপোক লৈতবগী শাগেনি, অচৎ চত্তবগী ময়োম্নি, শিদবা মপু ইবুংঙো, মৈ, ঈশিং, নুংশিংকী লৈপাক্ অতিংঙা মঙাগী মপুং ওইবা লিক্-লুনি। মহিগীদি মহিলেম্নি, শিদবা মপু ইবুংঙো। মঙাগী পাওবু মপুনা হায়খি। মপুগী মতেংবু ময়াই মঙানা পাংখি। মঙাবু মপুগা মশানি, তরুকশুবদি মমিনি, মমিগী মচুদি মুখি, পূম্নমক্না অমতা ওইখি। শিদবা মপু ইবুংঙো, মমিনা মচু ওইদৌদা তাইবংপানবা শেমদৌদা মপুগী মচু খঙনখি, মঙাগী ময়াই ফুদোকখি, অপাম্বা মচু লৈফোম্নি, মুংশিবা মনম্ সংব্রৈনি।

হয়ি-হয়া-হে, অতিংকোক্ মরু শিদবা য়াইবী য়েনহৌদৌদা অমম্ লৈসানরকপা কৌপুগী উমংলেন্দা চিংঙু কুরুম্ শিদবগী স্না হকচাং লেন্দগী পুথোক্লক্কুনা সাফোংলক্লবা মঙাং লাইনিংহনবা, সালাং শেন্লৈবা চেংলৌ শকহেনবনা তলা পামেন্ উ অমগী মখোঙদা অশংবা তিংথৌনা সনা লিফক্ ফিদা ওইনক্ম য়েৎথংবা শামু খুত্তা নোংথালৈ লিক্লাং পরেং, চামা নিপাল লেংবা পরেংবু পাই হৈরু মশীং থি খোইয়ুম কোনলোই মিংথৈলেন্ অথোইববু লাইনিং পরৈ চেৎ উনবী পুক্লিং পিনা চিংঙু মিংথৈলেনবু তত্তনা সোন অঙাই তাইবংপানবা পূম্নমকপু লাইনিং লাইসোন তম্বীগে হায়বগী (শাফোংহনা) লৈরক্লবা মতম অসিদা লুবাং কুরুম লৈকোইবা মালেম খোঙগাও কনবনা, মঙাং স্না খুয়াখাদা চঙজরক্লুনা ওক্লাং চরৈ-য়েৎ মুকমু লৈতোন কোন মানবী খুতম্না কাওবী চিনগা

লুক মালেম থৌরৈ লৈকা পাইনা কোংয়াং চৈশুনা তাবগুন্না পুনেমজরক্লবদা লুরাংগী মতৌ অত্থু উবদা মঙাং লাইনিংহন্না হায়রকই। পারি লুরাং কুরুম লৈকোইবা নহাক্লা মঙাং ঐগী ইফম্নাংদা পুনেম লৈপাইনববু পুক্লিংদা করি ৱাখন তৌত্থুনা করম্বা অপাম্বা লৈত্থুনা পুনেম লৈপাইনবনো অসুন্না পুকহং পাওহংবীরবদা লুৱাং কুরুম লৈকোইবনা ৱাহংজরকই। হে পম্বৌ লাইনিংহনবও, নদাইলেম ঐনা স্না নফমলাংদা চঙজরকপদি মালেম তাইবংপানবগী লৈহৌ-নোংহৌ ৱা অমদি নমু মীওইবগী হৌরকফম অত্থুগা নদাইলেম ওইবা নচা ঐনা খঙদ্রিবা অসিবু তাজনিংঙে মথংশিংনা তাকপীয়ু অসুন্না হায়ত্থুনা লুৱাং কুরুম লৈকোইবনা হায়জরক্লবদা মঙাং লাইনিংহন চেংলৌ শকহেনবা সালাং-মেলৈ লাংবনা মুংঙাইদা পারি ইৰুংঙো, লুৱাং নংগী নফমদা লিগে, মালেম তাইবংমালংপান অসিদা ঐগী ঐগী হৌরকফম. মশক খঙদবা মীদি নমু তাইবং মপোক্তা চিংদে, মহাক অত্থুদো কাওরেন সনগী মপোকুম্বনে। পোকপা নিংবা শিবা অমদি মতম অত্থুম অসিবু মশক খঙদ্রবা মী মহাক্লা করন্না লানগবনো তাইবংবু শেমবীরকপা শিদবা মপু মহাকপু করন্না থঙগবনো। মুংঙাইরবা খুমখোইত্রবা লাংবন চীং-খোইলেন হিগুন্নবা তাইবং ঈপাক ইখৈ চাংদোন লান্না থৌরম ওইরবা ৱারম লমদাংসাং অসিবু ইপানা মথংশিংনা লিগে, উনবী পুক্লিং পিনা মতাঙ্গৌও।

মালেম তাইবংপান অসিবু করিস্থু লৈরম্বা নত্তে। ইকোক্ কোক্লা ইহাং হাংনা তিংগাকোক কৌনা কৌরিদৈদা তেংপানবগী মপু ওইবা মহাক্লা লৈচিনগুম মনিলগুন্না মমিংনা সনতলং কৌনা নোংলুম ওইনা কোরৌ অহাংবদা অতিংঙা নোংদোলথক্তা থোক-পীরক্লুনা, তাইবংপানবা অসিবু মন্নুং মতম ওইনবগীদমক খোইয়ুম পাইমা উনকোইন্নুংদা (হুঁ-উং) হায়না ঙংত্থুনা নিংথৎলক্লে। উনবী ৱাখন ফংলত্থুনা ঐ ইথত্তনদি মন্নুং মতম ওইবা ঙম্মরোই। ঐগী

ইতেং পাঙ্গল ওইনবা পোৎলম মঙা পুথোক্লবা য়াররোই হায়না রাখন তারহুনা, সন-তলং ওইবা ময়াই অতুদগী খাম্বী মৈত্রেং অন্নাববু পুথোক্লুনা অতিংঙা অহাংবদা থোকহনলক্লে। মালেম অমম্বা অসিবু ঙানহনলে। অশাবা মৈগী মনিলদগী হুমলেন হামলেন পোকহন্দুনা লাইজ ঈশিং পোকহল্লে লাইজ ঈশিং পোক্লবদা খাম্বী মনিল অশাবনা চিংথোক্লুনা মালং য়াইবী শিদববু পোকহনলে। অতিংঙা অহাংবদা কোনলু কোনফু সেম খোইরু মীতম লাকপদা অহাংবনে মৈনে ঈশিংনে মুংশিংনে মরিমক অসিনসু ওইবা য়াররোই ঐগা থানা তরুক শুদনদি মপুং ফাবা ঙম্নরোই। মলেম লৈসা থিগে হায়না লাইজ তলং ইন্নুং পুংদা কুম্থরক্লুনা লুপ্থখরে। সিদবা লাই মহাক্লা লাইজ ইন্নুং পুংদা মতম্ কুইনা হক্লা মুংশাংনা লৈরবদা মালেম্ লৈসাবু ফংলহুনা লৈসা পুখৎকে থোৱাংবদা মপুগী পাঙ্গলনা মলেম্ পুখৎপা ঙমদহুনা লাংওন তরাবু ওন্দুনা পুখৎলকই। অহান্বদা চাওর মপান্ থাবগী মশক্ লৌহুনা পুখৎলক্ই অতুনসু লাইজ ইপাল ফাওবা ঙমদে। অনিশুবদা অমুক্ পিসাতাওগী মশক্ লৌহুনা পুখৎ-লক্ই। অতুনসু লাইজ ইপাল ফাওবা ঙমদে। অহুমশুরকপদা নোংখমতাওগী মশক লৌহুনা পুখৎলকই। অতুনসু লাইজ ইপাল ফাওবা ঙমদে। মরিশুরকপদা অমুক নোংয়াই মরি-ওনবগী মশক লৌহুনা য়েংই। অতুনসু লাইজ ইপাল ফাওবা ঙমদে। মঙাশুরকপদা লৈথমতাওগী মশক লৌহুনা পুখৎলকই। অতুনসু লাইজ ইতোন ফাওবা ঙমদে। তরুকশুরকপদা নোংশাবগী মশক লৌহুনা পুখৎলকই। অতুনসু লাইজ ইপাল ফাওবা ঙমদে। তরেৎশুরকপদা তেকপীগী মশক লৌহুনা য়েংই। অতুনসু লাইজ ইতোন ফাওবা ঙমদে। নিপাল-শুরকপদা তিকতাগী মশক লৌহুনা য়েংই। অতুনসু লাইজ ইপাল ফাওবা ঙমদে। মাপলশুরকপদা অমুক পাযন শিদবগী মশক লৌহুনা পুখৎলকই। অতুনসু লাইজ ইপাল ফাওবা ঙমদে।

প্লুন্নমক অসিনা মালেম লৈসাবু লাইজ ইরোন্মুংদগী লাইজ ইপাল ফাওনা পুখৎপা ঙমদ্রবদা তরাঙুরকপদা সাল্লিয়াংবা ঙাগী মশক লৌতুনা মমৈবু ময়ানা চিল্লগা মনম্‌গন্দা হাপ্তুনা পুখৎলকপদা লাইজ ইপাল ফাওরকুনা মালেম লৈশাবু ঈশিংদগী ফাওগৎলকপা অকংবা লম অদুবু কংলৈপুং ময়োন হায়না কৌএ। পারি লুরাং কুরুম লৈকোইবা মতৌ অসুম তৌনা লৈশা পুখৎপীদুনা মপু শিদবনা মালেম লৈসাবু মনুং মতম ওইহনলক্লবদা কোরৌ অতিংঙাদা লৈরিবা খাম্বী মৈগী অশাবা মনিল অদুনা মালেম লৈসাদা য়েংহন্দুনা মালেম লৈসা অসিদগী মচেৎ অমা অমুক লৌখত্তুনা মঙাগী মশক লেপ্লে। মঙা অদুবু মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক অতিংঙা অসুম হায়না কৌএ। সনতলং ওইরবা স্না মহি কৌবা মঙাল লিশিংগুম্বা মতিক ময়াই অচৌ অচৌবা ইবুংঙো মহাক্না চিংশিল্লকুনা তরুক অসিনা কোরৌ নোংলোন থক্তা য়ো-ময়াই মালেম অঙানবা মুমিৎ কৌনা থোকপিরকুনা মালেম অমম্বা অসিবু ঙানলে।

---

অসুম তৌনা মী লাই পোকত্রিঙৈদা চয়োন তরেৎনা হাল্লা পোকহনল্লি। মুমিৎ চয়োন তরেৎ পোকপগী রারম্বু মতৌ করম্না পোক্লকপগে হায়রবদি তাইবংপানবা অসিদা মাগী মাগী মপোক মুমিৎ অদুবু লৈহনলগে লাই, মী হায়দুনা লৈগদৌরিবা অসিবু মাগী মাগী মপোক মুমিৎ অদুবু লৈত্রবদি করম্না হৌরকফম মশক খঙগদগে অমদি লাই মশকসু করম্না খঙগদগে হায়দুনা মপু মহাক্না পাইমা উনকোইমুংদা রাখল তৌরকই। অদুগা ঐ অসিবু করম্বা মফমদা লৈরগা তাইবং মথোয়না খঙজবা ঙমগদগে অসুম্না মপু মহাক্না রাখল তৌরকই। নোং-ঙাইনা-চিং নিংবদগী থৌনা কারকপা মঙং লৈত্তবু লৈপাক্না য়ুম শাগে অদুগুম্বা য়ুম অদুবু কা মাপল কয়াৎ য়াত্তুনা শাগে অদুগুম্বা শা অদুবু ঐনা সেন্দুনা

লৈগে অতুগুম্বা শক্তম অতুবু নিংথিহনগে করম্বা মশক লৌরগা নিং-থিহনগনি ফজগনি অতুনদি ইপুলোই শিদবগী মশক লৌরগা নিংথিগনি। অতুগুম্বা ঈ অতুনা তাইবঙ হবচাং অতুবু থাংতুনা পুগে অসুম হায়না খনবদগী চয়োল তরেৎ পোকখি।

নোংমা চংনা খনলি হায়বগী নোংমাইচৌং হায়না কৌখি। নিংবদগী মওং অতুবু থৌনা কারকই হায়বগী নিংথৌকাবা হায়না কৌখি। মওং অতুবু লৈপাক্লা শাগদবনি হায়না খনবদগী লৈপাক-কপোকপা হায়না কৌখি। অতুগা হকচাং য়ুম ওইবা অতুবু কা (ফৈদোম) মাপল কয়াৎ য়াৎতুনা শাগে হায়বগী য়ুমশকৈশ হায়না কৌখি। অতুগুম্বা য়ুম অতুবু ঐনা শেনতুনা লৈগে হায়না খনবদগী শগোলসেন হায়না কৌখি। সা হকচাং অতুবু করি তৌরগা নিংথিগনি ফজগনি। অতুনদি ইপুলোইগী মশক লৌগে হায়তুনা ঈগী মশক লৌখি হায়তুনা ঈরাই হায়না কৌখি। ঈ অতুনা তাইবং হকচাংবু থাংতুনা পুগে হায়না খনবদগী থাংচা হায়না কৌখি।

---

অসুম তৌনা নুমিৎ চায়োল তরেৎ পোক্লবদা লাই, মী পোকহনলগে হায়না মপু মহাক্লা উনপী নুংদা রাখন তৌরকপদা য়েৎ ওই হায়বা অনি অতু নল্লবদি কদৌনুংদসু পোকপা য়ার-রোই হায়তুনা তেংপানবা মপুগী হকচাং অতু অনি থোক্লা খাইদোক্লে। য়েৎথংবা সাখাইনা পাগী মশক লেপ্লে, ওইথংবা সাখাইনা পীগী মশক লেপ্লে। য়েৎ থংবা সাখাইনা মাগী মশক লেপ্লিবা অতুনা মমিংনা অতিয়া সিদবা হায়না কৌরে। ওইথংবা সাখাই পীগী মশক লেপ্লিবা অতুনা মমিংনা লৈমালেন শিদবী হায়না কৌরে। মরম অসিগীদমক তেংপানবা মপুগী কোনলোই মিং থোনবু লুমাংদা শমচিনা নৈরগা পম্থৌ কৌববু হাও হায়না খুম্লে। লৌরাইদা শম্লাং তাবুন য়েৎলগা খোইয়ুম লাইগী মশক ওইএ। লুতুংদা শম্লাং কিশিনরগা পলেম কৌববু হাও হায়না

খুল্লে। অস্মুম তৌনা মপু মহাক্তনা পুথোক্কনা শান্নবা কুম্মেনে। অস্মুম তৌনা মালেম তাইবংপান অসিদা মশক উনা খংহনলগে হায়ত্তুনা অমনা মুমিৎনে, অমনা থানে, মুমিৎনা লাইনিংথৌ, থা লৈমালেন অনিমক্কা য়াহিপ চাকচা তমত্তুনা মপারি লাংলেন অহনবা স্নামহি অমদি মপারি অতোম্বা কোনচিন তুথোকপা পোক্লে। খোইয়ুম লাই হায়ত্তুনা মালেমদা লৈরিবা পুম্মনকপু মশিং শুনা পোকপিরে।

---

অসিগী মতুংদা অতিয়া শিদবনা মপারী অনিমক য়েংত্তুনা হায়রকই। পারি অনিমক তাওও! মালেম তাইবং পানবা মপুগী মশক খংলবরা খংদ্রবদি খংনবা থিজিল্লু। মতুবু খংদ্রবদি মী অত্তু পোকপগী মহৈ য়াদ্রে। পুম্মনক অসি মপু মহাক্কা শান্নবা কুম্মেনে। মরম অত্তুনা মালেম অসি কোইত্তুনা থিরু। অত্তুগা মরম অমনা কোরৌ নোংখোং মালেম লৈখোং অসি তরেৎলক হন্না কোইরগা ঐগী ইফমদা হান্না থুংলবা মহাক অত্তু ইপাগী ফম্বাল অসি শিন্নবীরগে। মহাকপু নিংথৌ হাপ্তুনা লৈপাক্কী মপী-মপা ওইত্তুনা পানজসনো। পারি অনিনক থিল্লগনো, অস্মুম হায়না তাকপিরবদা, মপারি লাংলেন অহানবা স্নামহিনা, মপন-পন্থৌগী য়াথংবু মালেম লৈদা তাফদে, কোরৌ নোংদম্বু কাফদে, কোরৌ নোংখোং কোইশি মালেম লৈখোং কোইশি লাও হায়না তাকপিববু, মশানৌ কোনচিন তুথোকপনা পাওখুমলকএ। ইসাবী ইবুংঙো পাঙ্গল চৈথেং কনবা, নহাক্কি সাম্বা পাঙ্গল কনবনে, ননাও ঐদি পাঙ্গল শোনবনিনা ইয়াম্নগী হৈনা মতুং ইনবা ঙমজরোইএ। ঐদি কোরৌ নোংখোং, মালেম লৈখোং কোইববু কিজৈএ হায়না পাওখুম্নবদা, মশাবী লাংলেন অহনবা স্নামহিনা মুংঙাইদা সানৌতোন নংগীদমক ফনবা হায়ত্তুনা নসাবী ঐনা শেম্বীগে হায়না পাওতাকপিবদি, শিংঙেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙাগুম্ববু পাওখুম্মীদা, ফরে শানৌ নংদি

লৈহৌরো, ঐদি কোরৌ নোংখোং মালেম লৈখোং কোইরুখিগে হায়দুনা পাম্বা কৈলেন তোংলদুনা কোরৌ নোংখোং মালেম লৈখোং কোইবা খোংশানখ্রে। কোরৌ থক্তা পাম্বা কৈলেন তোংদুনা হায়-গৎলক্লুনা কোরৌ লৈপাক্তা ভাইবংপানবা শেম্বা মপু কোইনা থিরক্লে। কোরৌ লৈপাকপু তারেৎলক হল্লা কোইদুনা থিরকপদা, ফংলক্লুবদা মালেম লৈদা কুমথরক্লে। মালেম থক্তা লৈপুং অমা থোনলে অদুগা মফম অসিদগী কোইবা হৌগে, ঐনা তরেৎলক কোইবগী লমগী তাইনপুং ওইসনো হায়দুনা পুং অদুদগী কোইবা হৌখরে। অদুম্না লাইনিংখৌ ( রূপতেং ) না মালেম কোইরকপনা তরুকলক শুরবা মতাং অসিদা কোনচিন তুথোকপগী মপুরিংদা রাখন অমা লাকলে। ঐনা তৌরিবা নিংলিবা রাখন অসিদি অরেম্বনে। ইসাবীনা মালেম কোইখিবা অসিনা থুংলরবদি ইপম্মৌগী ফম্বাল অসিদি ইসাবী মাগী ওইখিবা তারে, অসুম হায়না মবুক্তা অরাবা ওইরক্লবদা কোচিন তুথোকপা পলেম মমা লৈমালেন শিদবীদা হংলুখিগে হায়দুনা কপ্পা কপ্পাদুনা চংলক্লে। মচাগী মতৌ উবদা মমানা পাওহংলকই। পারী ইবুংঙো কোন্‌তে নৌনা হুনবা কোনচিন্ তুথোকপাও, ঙসি নংনা ইমাগী ইফমদা মিৎস্না তলং লাইজ শিন্থনা চংলকপবু, খোইয়ুম বনানা ইচাবু লাবচা খুদুম চনলবনো লাকও ইমাদা পাওদমলো হায়না তাকপিরবদা, মপারী কোনচিন তুথোকপনা পাওদমলকই। পালেম অপোকপী তাবীও, পম্মৌ ইপাগী য়াথংবু নচানা হুনলানলুবনা ইসাবীনা মালেম লৈখোং কোরৌ নোংখোং কোইশি হায়না তাকপিববু নসানৌ ঐদি পাঙ্গল্ শোল্লি, ইয়াম্বগী হৈনা তুংইনবা ওম্লোই হায়না লৈহৌবদগী ঐদি অরেম্বা ওইরে পালেম ইমা, ইসাবীনা মালেম লৈখোং কোইখিবা অসিনা থুংলরবদি পম্মৌগী ফম্বাল অসে, ইসাবীনা ফংখিবা তারে। অসুম হায়না মপুক্তা অরাবা ওইদুনা কপ্পা অদুবু পালেম মমানা চানবীরদুনা হায়রকই। পারী ইবুংঙো কোন্‌তে নৌনা হুন্‌বা নংবু

ইমা বা হায়গে তাওও। নসাবী লাংলেন্ অহনবদি নমা ঐবুস্থ নপাবুস্থ হন্বা লাইনে, নপম্বৌগী মসাদস্থ নমা ঐগী ইসাদস্থ লৈবনে। অতুগীদমক নসাবীগী কোন্লোই মিংথোনবু (ফু-হিংচি) পিবালেন, স্নামহি ঙৌবলেন, হায়না কৌবনে। মহাক্তি লৈবা খিবীক্তা চংনা লৈবনে, ইফম-কোনফম লৈরোন্-নোংলোন, চীংপু-রোই-তম্বুরোই, তম্ব্ শেম্বা, অচংববু নোংদম্বা, অশিববু-নোংখাইবা, লৈবা খৈবীকপু থংবা ঙম্বা লাইনে। মরম অতুনা পারী নংগীদমক নসাবীনা মালেম কোইখিবনে। নংবু মপা মশক থংদে থংহনগে হায়বগীদমক তৌবনে। পারী চৎলু নসাবীনা মালেম্ কোইখিবা অসিগা নপম্বৌ নপাগী ফানখোং অসি তরেৎলক কোইবগা চপ মান্নবনে। চৎলো ফানখোং অসি কোয়রু চৎলু। য়েৎ ওইননা কোইজরুও, নসাবীনা নংবু ঙাইরিএ। তস্থুন্না পালেম নমা লৈমলেন সিদবীনা তাকপীরবদা মপারি কোনচিন তুথোকপনা পলেম মাগী য়াথং মতুংইন্না মপন সিদবগী মনাক্তা লাক্লুনা য়েৎ ওইননা তরেৎলক কোইরগা মপন সিদবগী মখোং পাইতুনা পুনেমজরবদা অতিয়া শিদবনা মচাগী মতৌ তত্থু উবদা খোইয়ুম মাগী পেনবী হৈবা য়াথংনা তাকপিরকই। পারী ইবুংঙো কোনতে নৌনা হুনবা, কোনচিন তুথোকপা, ইচাদি তঙাং ওইবনি করিস্থ থংদনা পংলৈ লৈজবোই নিংবনি ইপানা, অতুবু মপা মশক থংজরে, অহন নাক্তা ফমজরে, লাও ইপাগী ফম্বালদা কারকউ ওইদা ফম্লো লাও হায়তুনা সামু খুৎচেং পাইতুনা চিংখৎপিরগা মপনগী ওইদা ফম্বাল লাংহল্লগা হায়রকই। পারী কোনচিন তুথোকপা নংনা ইপাবু মশক থংহনবা অসিবু, নয়াম্বা স্নামহি মালেম কোইবা মহাক্তী মথৌজান্না থংবনে। মরম অসিদগী হয়েং পোইরৈ চাদোন সুদোম্না থংজহৌনবা নংগী কোনচিন তুথোকপা হায়বা নমিং অসি তোরুগে, মপা মশক থংজরে হায়বগী পাথংবা কৌরগে হায়তুনা অস্থুম্না থোনবীখি। মতৌ অস্থুম তৌনা পাথংবনা কংলাগী ফম্বাল তোংখি। মপারী

অহন স্নামহিনা মালেম লৈকোই তরেৎলক হন্না কোইবা লোইছুনা হল্লক্লগা মপম্হৌ অতিয়া শিদবগী মখোং পাইছুনা, পম্হৌ ইপা ইবুংঙো নপারী অহন স্নামহী কোরৌ নোংখোং মালেম লৈখোং কোইবা হল্লক্লে হায়দুনা পুনেমজররুবদা, মসানৌ পাথংবনা খুম্নকই। কংলা যম্বাল তোংলিবা অসিদি ননাও সানৌতোন তোনতে নৌনা ছুনবা কোনচিন তুখোকপা ননাও পাথংবা ঐনি হায়না পাওখুম্নবদা, পাখংবনা কংলা যম্বাল তোংলম্বগী সারৌ পুম্নমক স্নামহিনা খংলছুনা, মনাও মুপাদদি করিস্নু তৌবা ঙমদনা, উনবী পিবুকনুংদা অসাও থাম্বী মৈহৌন্দুনা মালেম অসি লাইজ ইরোম্নুংদা থম্নগে নিংলছুনা মালেম লৈদা খৌসারকপা মতমদা মালেম খা থংবা মাইকৈ অসি নমথখি। মতৌ অছু উবদা মালেম অসি মাংবা তারে হায়দুনা মপুনা চোংথোলক্কুনা পাওহংখি। মপাদগীস্নু হনবা, নমা নপা অনিমক্তা লৈবা, মফম খুদিংমক্তা খংদ-উদবা লৈতবা, কোরৌ নোংখোং মালেম লৈকোইবা, তলং ছুমলেন হোল্লিবা, ইপাকথক্তা পুলেনবা ইথৈ-ইহল মলেংবা, সাচিক মসৌ লাংদবা, থাবা মরাই চাইহন্দবা, মৈ তলং, ইশিং তলং, অতিংঙা নুংশিৎ তরং, মালেম লৈদা খৌসাবা, ইয়েক্লা সালেংই লালিওয়া, তোপ্পা লৈবা তোঙানবা তিন্নবা লৈবা অনি তিন্নবা, তাইবং মুংদা লৈবা খৌরাই হায়না কৌবা, সানা পাঙ্গল কনবা পারী অহনবা স্নামহী করিগী অছুক অসাও থাম্বী মৈহৌবনো হায়না নাওথেম্লগা মপুনা মসাদগী লৈরাং থম্বাল ১০৮ অমা পুথোক্কুনা মপারী অহনবদা পীবিখি। মছু উবদা মপারী অহনবা স্নামহীনা অসিদি পালেম মমানি খংলছুনা থাম্বী মৈ হৌনবা অসাও পরৈনবা পুম্নমক নেমথখি। মতম অসিদা মপুনা হায়রকই। পারী অহন সনামহী নসানৌ কোনচিন তুখোকপা পাথংবদি ইপানা মপাঙ্গল সোনবনি হায়দুনা কংলা যম্বাল শিন্নগ্রে। পারী অহনবা সনামহী, নহাক্না তাইবং ম্যালেমগী মপু ওইছুনা, চারোন স্নুরোম্না কাওদন্না মোম্নু তাইবংগী

য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংগী নিংথৌ ওইহনা পালহৌরো। পারি নংনা হৈয়েং তাইবং পানবগী য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংগী নিংথৌ ওইহনা পাল্লবা কান্দা, মতম পুম্নমক্তা ননাও পাখংবগী মতেং পাংবীয়ু, চেংনা চান্নবা ফুংকোইনা পানমিন্নৌ হায়না পাওতাক পীখি। পারী অহন সনামহী হায়বা মিংথোন অসিবু তোক্লগে ইপানা, পুম্নমক লোইনা থংহনস্থ পারি নংনা মপান্দা ফুদোকপা য়াদনা উনবী পিঁবুকস্থুংদা কপ্পা কপ্পা মরম পুম্নমকপু থাংখি হায়হনা পারী অহনবা নংগী মমিংবু কপতেং হায়না মিংথোন-লগে। সনামহী হায়বা ময়াইশিংগী মিংলেন অসিনা হৈয়েং চারোন স্থরোম্না নুংলোন ওইহোরসম্নও।

---

মরম অসিনা পারি লুবাং লৈকোইবা লাইগী মশক খংবদি নিংবা সোনবা অমদি মপা মশক খংবদি পালেম মমাতনা খংঙে। অস্নম্না লাই মমিং শুনা পোকপীরবদা কৌপু লাইচীদা কৌপুনা খুন্দা অহানবা ওইহনা লাইয়াম খৈবীকপু পানলে। অসিগী মতুংদা মোইরাং লাইচীদা থাংচীংনা মাইকৈ ঙাকহনলে। অসিগী মতুংদা থাদা থানা চাওবা রাংবলেন্না মাইকৈ ঙাকহনলে। অসিগী নতুংদা মৈরমদা পনম নিংথৌনা মাইকৈ ঙাকহনলে। অসিগী মতুংদা চিংখৈদা নোংদোল লাইলেন পাথংবনা মাইকৈ ঙাকহনলে। অসিগী মতুংদা অবাংদা মারচীংনা মাইকৈ ঙাকহনলে। অসিগী মতুংদা নোংচুপ্তা লোইয়ালাকপনা মাইকৈ ঙাকহনলে। অসিগী মতুংদা নোংপোক্তা নোংপোক নিংথৌনা মাইকৈ ঙাকহনলে।

---

অস্নম্না মালেম ঙাকপা লোইরবা মতুংদা নামু তাইবংবু মতৌ করম তৌনা পোক্লকপগে হায়বগী মরম অহু মথংশিংনা হায়রক্কে, উনবী পুক্লিং পিনা তাওও। তাইবং পানবগী মপু ওইরবা মুমিং লাইনিংথৌ মহাক্না মরু চারা অমা পুথোক্লকুনা

থা ওইবী লৈমালেন্দা শিন্নবীরে। হে লোইদাম ঐনা পুথোক্লকপা মরু চারা অসে ঐনা থা অনি পুরক্লবনে, নংনা অমুক থা তরা পুরগা তাইবং মহাকপু নোংদম্বীয়ু হায়না তাকপিরবদা লোইদাম লৈমালেন শিংদবীনা ননাই ঐদি থা হায়না কৌবসে অঙকপা ওইরে হায়না খুমক্লবদা, মুমিৎ লাইনিংথৌনা হায়রকই। হে লোইদাম নংদি তাইবং পুন্নমক্কী মমানে নংঙোন্দা থাত্রবদি করম্না হোৌগদোরিবনো তাইবং ওইবা ঙমলোইএ। না মশা ওইবীহুনা তাইবংপানবা অচৎ-চম্ভবা পুন্নমক অসিবু পোক-পীগদবনে। মরম অহুনা নংগী নমিংবু থা হায়না কৌরগে অসুম্না থোনবীখি। থা ওইবী লৈমালেন্না হায়রকই। হে মপু শিদবও, মরু অহুবু ঐনা কোনলগা করম্না তাইবংপাল অহুবু ওইগদগে। বা অহু ভাবদা মপু শিদবনা হায়রকই। মুমিৎ, মরু মশক খংহন্দবা য়াদে, মাগী মাগী মরু, মুমিৎ, মশক খংত্রবদি লাইগী মশক করম্না খংগবা হে লৈমালেন। মরম অহুনা মালেম অসিদা পুথোক্নুনা থম্বীরমদবা য়াত্রবনি। অহুগা নংঙোন্দা ঐনা শিন্নরিবা মরু চারা অদো ঐনা থা অনি পুরক্লবনে অহুগী মমুংদা ঐগুম্বা মশক অমা য়াওরবনে। অহুবু নংনা থা ভরা পুরগা তাইবংবু ওইগদবনে। ঐনা পুবা থা অহুগী কোনলোই মমিংবু হায়গে, সাচিফু, কালেন অসুম হায়না কৌবনে। করিগীদমক কৌবনো হায়রবদি সা হকচাং অহুবু চিথহুনা, ফু হায়বদি ফুহিং মমুংদা থমগ্রে। ফুহিং কৌবদি লৈমালেন নাওয়োম্বু কৌবনে অহুগীদমকপু সাচিফু কৌবনে। কালেন হায়বদি করাৎ মাপল য়াত্নুনা সাগ্রবা অমদি মীতমগ্রবনে হায়বগী কালেন কৌবনে। অসুম্না তাকপীহুনা লৈমালেন্দা পীখি হায়বগী থাগী মমিং ইঙা কুমদম্বা হায়না কৌএ। করিগী ইঙা কুমদম্বা হায়না কৌবনো হায়রবদি তাইবং মপুগী ই মহাক্না, নোংদম্বীনা সাথিবা হকচাংনে হায়বগী ইঙা কুমদম্বা কৌএ। অসিদগী লোইদাম থা অমগী মমিংনা ইঙেল কুমথাইবা হায়না

কৌএ। করিগীদমক কৌবনো হায়রবদি ইলিক কোঙ্গোল অতুদগী সাগৎলকপা হকচাং অতুবু ঙাচকুম, ঙামুগুম্না মশক অমা ই অতুদগী ওনলক্লে, থাইদোক্লক্লে হায়বগী ইঙেন কুমথাইবা হায়না কৌএ। অসিদগী থৌরান হায়বা থা অমা অমুক কৌরক্লে। করিগীদমক কৌবনো হায়রবদি ঐ হায়তুনা লাক্লিবা অতুনা তাইবং হকচাং অতুবু শেমগৎলকপদা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিংঙা মঙা, শিংলি চাম্মগা নিপাল, মিহুন চাম্মগা নিপাল, মিৎ, নাকোং চিন, য়া খোং খুৎ সম তু খুবী খুদোনবী খুৎয়াই খুৎনিংথৌ খুৎনাওবী খুজিন অসিনচিংবা মীওইবগী হকচাংদা পাল্লিবা লৈরিবা পুম্নমকপু য়াম্না রানা সেম-সারকপনে হায়বগী থৌরান থা হায়না কৌবনে। অসিদগী লাংবন থা হায়বা অমা অমুক লাক্লে। করিগীদমক কৌবনো হায়রবদি তাইবং সেম্বা মপুনা মীওইবগী হকচাং অতুবু মরম পুম্নমক শুনা পনসাবা লোইরে, লাং পুম্বা লোইরে, তাইবং সিনথোং য়াৎলে হায়বগী লাংবন থা হায়না কৌএ। অসিদগী অমুক মেরা থা হায়বা অমা লাক্লে। করি-গীদমক কৌবনো হায়রবদি মীওইবগী মশক অতু অহানবদা ঙামু মানলে অতুদগী হঙোই মানলে অতুদগী য়োং মানলে অতুদগী মীগী মশক মানলে। নিংথিনা ময়েক লান। মৈরা থানবগুম উবা ফংলে হায়বগী মেরা থা হায়না কৌএ। অসিদগী অমুক হিয়াঙ্গৈ থা হায়বা অমা লাক্লে। থাজ কোনলোই মমিং অসিবু করিগীদমক কৌবনো হায়রবদি তাইবং শেম্বা মপুনা অঙাং নাবাদা তাকপীখি। হে অঙাং নাবা নংনা হৈয়েং তাইবংপান ফাওরবদা ঐনা ঙসি সামালম হিথাফম ওইতুনা কক্নুনা পীরিবা লম অসি নোংমা নোংমগী নারেপ অতুনা তানজরক্নুনা রাংগদবনি। অস্তুম হায়না কক্নুনা পীরিবা থা অতুগী মমিংবু হিয়াংকক্ হিয়াঙ্গৈ থা হায়না কৌএ। অসিগী মতুংদা পোইন্নু হায়বা থা অমা অমুক লাক্লে। অসিবু করিগীদমক কৌবনো হায়রবদি নাবা অঙাং অতুনা মপুগী

য়াথং ফংজরবদা হরাও নুংঙাইজরদুনা পলেম মমাগী পিবুক্নুংদা চোং ফন্দুনা, য়াওন-য়াতাদুনা পোইনা লাংনা শারুজরে। ( ইপা ইপুগী অরিবা লোনবু পোইবা লাংবা হায়মা কৌএ। মসিনা চোং ফন্দুনা সান্নববু পোইবা লাংবা হায়না কৌনরমই।) মরম অসিদগী পোইনু থা হায়না কৌএ। ৱাকচীং থা হায়বা অমা অমুক লাক্লে। করিগীদমক কৌবনো হায়রবদি তাইবং শেম্বা মপুনা অঙাং নরাদা হায়রকই। হে অঙাং নৱাও, নংনা হৌজিক লৈরিবা সক্তমদি, নাকোক অদুনা কোরৌথক্তা ওন্না লৈরি, অদোমদদি নংনা চৎকদবা লম্বীদি নত্তে। নংগী লম্বী তাকপিগে মকোক অদু লুনাও ওনবীগে লাও হায়দুনা ৱাংনা লৈরম্বা মকোকপু চিংথবীদুনা লুনাও ওম্বোকপিরগা অসোমদনে নংনা চৎকদবা লম্বীদি মালেম নমা কৈরা তাচিন থক্তা ৱাইথুংগদবনে, খুন্দারুগদবনে অসুম্না থক-খা ওন্নদা চিংথবীববু ৱাকচীং থাও হায়না কৌবনে। অসিদগী ফাইরেন থা হায়বা ১ অমুক লাক্লে। করিগীদমক কৌবনো হায়রবদি তাইবং শেম্বা মপুনা হে নৱা নংগী পুন্সি নারল ওইবা সিদয়াই নাদয়াই তাকপিগে। হৈয়েং নংনা নারক্লবা শোন-লক্লবা মতমদা হুঁডগা হায়বা মিংথৈ অসি কাওগনু। করিগুম্বা পোৎ অরুম্বা অমতং থাংলগে হায়রবদা ঐনা তাক্লিবা মিংথৈ অসি অসিবু কাওগনু। অসিবু হেক শোম্বদা তন্না থাংবা ঙমগদবনে। অসুম্না তাই-বংপান ফাওরগা নৱানা তৌগদবা মরম পুম্নমকপু মপুনা তাকপিদুনা থা অসিমা ফাইদুনা লৈহনলি হায়বগী ফাইরেন থা হায়না কৌএ। অসিদগী লমতা থা হায়বা অমা অমুক লাক্লে। করিগীদমক কৌবনো হায়রবদি মতাং অসিদা অঙাংগী নুমিৎ-থা শুরদুনা তাইবং শেম্বা মপুনা হায়রকএ। হে অঙাং নৱাও, হৌজিক্তি নংগী নুমিৎ থা শুরে, মালেম অঙানবদা ফারুরো চৎলো মালেম লৈপাক্কী মথক্তা খুন্দারুরো অসুম্না হায়দুনা তাকপিরক্লবদা অঙাং নরানা হায়রকই। হে মপুও, তাইবংপানবা হায়বা অসি নুমিৎ-থা, থৱানমিচাক্লচিংবা পুম্নমক থোক্কুনা অশংবা মরম চামা অমুনবা মরম চামা চাদুনা য়াম্না নুংঙাই

য়াইফনা পাল্লি হায়এ। মালেম অহাংবা অতুবু হিংচা-য়াইতম্বা, সারোই-ঙালোই য়াম্না লৈ হায়এ। মরম অসিনা নব্রা ঐদি ইতোমতদি তাইবংপান্দা থোকপা ঙমজরোইএ, কিজেএ হায়তুনা অঙাংগী ব্রা তাবদা তাইবং মপু শিদবনা হায়রকই। হে অঙাং নব্রাও নংনা থোকউ হায়বা য়াদ্রবদি পালেম নমা নচা নখোই অনীমক অমন থরৈ কুমজগনিএ। অস্নুম্না তাকপিবৰু, অঙাং নব্রানা মপুগী থোংবী অনিমক পাইতুনা নোংখোংবগুম কপ্লকএ। হে মপু শিদবাও. ননাই ঐদি ইতোমতাদ থোকপা ঙমজরোইএ। অসুম্না ময়াদ্রবদা তাইবং শেম্বা মপুনা হায়রকই। হে অঙাং নব্রাও, অতুদি নং করি তৌরগা কিরোইদগে ঐঙোন্দা হায়য়ু. অস্নুম্না তাকপিরক্লবদা অঙাং নব্রানা হায়রকই। হে মপু সিদবাও, মপু নহাক্কা লোইনতুনা তাইবং পান্দা থোক্লবদি ননাই ঐনা কনাবুস্ত কিররোইএ। অসুম হায়না খুম্লক্লবদা মপু সিদবনা ফরে অতুদি লাবও. ঐনা নংগী মাং থাতুনা লমজিং- বীরগে ঐগী খুৎচেং অাস পাইতুনা লাকও, অসুম্না মপু সিদবনা মাং থাবীরগা অঙাংনা মপুগী খুৎচেং পাইতুনা লাক্লবদা মালেম অঙানবা ফাওদ্রিঙৈদা য়াংদৌ লম্মখাংদা মপুনা রারী শানা শানা লাকই। হে অঙাং নব্রাও, মালেম অঙানবা ফাওরবদি মতম অতুদদি নংনা ঐবু উবা ফংলরোই। হৌজিক্তি নংনা ঐবু উবা ফংলিএ অতুগা ঐ অসে অতৈ অতোপ্নদা লৈগদবা নত্তে নংগী নমশাগী মন্নুংদা লাইবক হায়না কৌবা মফম পিশুম অনিগী মরক্তা অপকমা কৌতুনা নংগী পুন্সি চুপ্পা লৈগদবনে। নংনা হৈয়েং ঐবু নিংজরকপা মতমদা মফম অতুদা নিংজরকউ। নংনা ঐবু ঙাইতুনা পানলি হায়বগী অঙাই তাইবংপান হায়না নমিং থোনবীগে। নোংমদি নংগা ঐগা শোইদনা উন্নগনি। মতমদি হৈয়েং নংনা তাইবং চেংচেন লোইরমদাই, অশি লৈবু চিন্দুনা অমন থরৈ কুম্নমদাই লাইরমলেন্দা তিনলমদাইদা উন্নগ- দবনি কাওগনু। অতুগা নব্রা নংবু পম্ভৌনা লোইদাম থাজ অনি পুরিঙৈগী নংগী কোনলোইদি লাংউলুবা কৌবনে। পম্ভৌ নপানা

পালেম নমাদা শিন্নহনা পলেম নমানা কোরৌ শিংবুম চহুম লোইদাম থাবুম তরা নাওপুহনা মালেমদা সাফোহনা স্নাগী লিফবথক্তা লোংনা য়াতাকিঙৈ হুঁঙডা মিকপ তম্লিঙৈ নারা নংগী কোন লোইদি অংকো নরা কৌবনে। ইগী মপাল থাবা মুমিত্তা নবা নংগী নমিংদি লাংপুম কৌবনে। তাইবংগী য়ুমশেংবা মুমিং খুরুম্বা মুমিত্তা নারা নংগী নমিংদি হেংলে কৌবনি। কুমজা তারেৎ শুরকপা মতমদদি লুক-লুক হায়না কৌবনে, মিংলেনশিং অসিবু কাওগনু। অমনা হৈয়েং নবা নংনা লোইদাম থাবুম তরেৎ শুরকপদা পলেম নমানা চউম্বদা (মম-মম-কুক-কুক) হায়হনা চাক চথোম মঙাদা শিন্নখিবা বা অহুবু কাওগনু। অসুম্না বারী তৌনা তৌনা লাক্কুনা মালেম অঙানবদা ফাওরক্কুনা মালেম লৈসাদা তারবদা তাইবং মপুদি মীনা লাইনা উথিগনি হায়হনা মসাদা হঞ্জিন্দুনা পিশুম অনিগী মরক লাইপক্কী নমসাদা পক্কুনা লৈখি। মপুনা লোইনবা মিলেন বৌববু লাংওনখি। অমনা লৈরাং থম্বাল পুথোক্কুনা মখোক থদৎলগা মমাগী থোংলেন তান্না হুল্লকখি, নবানা লৈরাং পাম্বদগী তান্নরকপদা লোইনবগা লোইনহনা তাইবং পান্দা ফাওরকখি। অঙাংনা তাইবংপান ফাওরক্লবদা তাইবং শেম্বা মপু মহাকপু উদ্রবদা কোইনা ২ য়েংলগা, লহান নোং মমাগী পাইমা পিবুকনুংদা লৈরিঙৈদা মপুনা তম্বীখিবা হুঁঙডা মিংথৈলেন সিদববু সোন্দুনা মপুগী খুৎচেং পাইবা অহুবু কাওবা ঙমদহনা হুঁঙডা হুঁঙডা হায়না শোন্দুনা কপলক্লে। অদুম্না মালেমদা তারক্লুনা মালেম লৈসা অঙানবা অঙাই তাইবং পান্দা খুন্দাহনা লৈররে হায়বগী লমতা থাও হায়না কৌএ।

---

হে লুবাং কুরুম লৈকোইবা মীওইবনা হৌরকপদি মুমিত্তগী হৌরকএ। মুমিংপু স্নামহি কৌএ। মহাক্তি তাইবং পানবা মপু সিদবা পোকপা লৈতবা, সিবা লৈতবা, কোয়ৌহনবা, অতিয়া সিদবা, অপানবা

কৌবনে। মুমিৎনা থাদা থাবীরে, থানা থাবাদা সিন্নরে, থাবানা শজিক্কা সিন্নরে। ওকপুরোইনা তাওহুইলেংদা সিন্নরে। তাওহুই-লেংনা পুরক্কুনা মপাদা শিন্নরে।

মপানা থাজ অনি পুরে। মপাদা থা অনি পন্দুনা লৈরমই হায়বগী ইপন পন্থৌ হায়না কৌএ। ইপানা ইমাদা অমুক শিন্নহুনা থংথখরে হায়বগী (থংলেন ইরুবী) ইমা কৌএ। ইমানা থাবুম তরা অমুক পুরগা মালেমদা মী ওইনা ফাওরক্লে। মমাগী ই চাহুনা হিং-লকই হায়বগী ইচা হায়না মিংথোনলে। লাইদগী ইরিকপু ইবু থৌনিহুনা লৌরকই হায়বগী ইপুথৌ কৌএ। ইপুথৌনা ইপুদা পুথখো হায়না পিরকই হায়বগী ই পুথরকপা ইপুবা ইপুবোক ইপু কৌএ। ইপুনা ইপাদা পুথরকপা ই অহুবু পন্দুনা থম্বীরমই হায়বগী ইপনবা ইপন্থৌ ইপা কৌএ। ইপানা ইমাদা শিন্নরে। ইপাগী ই তংখাই অমগা ইমাগী ই তংখাই অমগনা সারকপা হৰচাংনি হায়বগী ইহকচাং (হৰচাং) কৌএ। ইচাগী ইবু ইমৌদা মৌ থাহুনা লৈএ হায়বগী ইমৌ কৌএ। ইমৌনা পোকপা মচাদি ই শুরে হায়হুনা ইস্থ কৌএ। ই মথাং তরেৎ শুরে হায়বগী খংননবা ই শুবা ইশু ইপুংঙো কৌএ। অসুম্না লাংওন তরেৎলক মথং মথং লাক্কুনা পোক্লকপা তাইবং মী ওইবনে। হে লুরাং কুরুম লৈকোইবা মীওইবনা হৌরকফম মফম খংদবা মীদি মীগী মপোক্তা চিংদে কাওরেন সনগী মমৈগা অমহানে। অসুম্না মঙাং লাইনিং হনবনা মচা লুরাং লৈকোইগী মফমদা লিবী-রম্লবদা লুরাং কুরুম লৈকোইবনা পন্থৌগী রা তাবদা ননাই নচাদি মালেম অচৌবা অসিগী পাক্লবা ইথৈ চাংদোনবু লানবীরে পোকপগী মরম অয়াম্বদি থংজরে।

লাইনিংবগী মরমবু ননাই নচাদা নৌহৌননা অমুক তাকপিয়ু হায়জরক্লবদা, মঙাং লাইনিং হনবনা হায়রকই। পারী লুরাং কুরুম লকোইবা, নংগা মান্নবা লাইবু থিজবদা, মালেম অসিদা কনাবু লৈরমগবনো, পারি ইচাদি মালেমদা মমিং ফাওরবা ইচানি, কুরুম

লৈকোইবা, নংগা মান্নবা লাইবু থিজবদা, মালেম অসিদা কনাবু লৈরমগবনো ! পারি ইচাদি মালেমদা নমিং ফাওরবা ইচানি, কুরুম স্না লৈপাক অসিবু অচং লৈবু চিল্লগা কোইত্নুনা উনা উপ্না তাববু, লোংনা হায়গত্তুনা থিরবা, লোংনা তাবা উনাবু উপ্না হায়গত্তুনা থিরবনি হায়বগী কুরুম লৈকোইবা কৌবা নত্রবরা। লাইবু থিবদা খোংগাও কনবা হান্না নমিং ফাওরবা নত্রবরা করিগীনো, মহাক্না লাই মহাকপু উবা ফংদ্রিবনো ? মতাং অসিদা ইপানা পাওরৌ অমা হায়গে তাও। "কবুই কৈ ওইবা ননিং নমাং হোত্রোং হো, নয়ুম যুমজাও ফ্রং, নতু লৈমা কাংকোক, হায়বা অত্নবু পারি নং ওইরে। বা অত্নু তাবদা লুবাংনা হায়রকই। হে পন্তৌ করি হায়বা বানো ননাই নচাদি অঙকপা ওইরে। বা অত্নু তাবদা মঙাংনা হায়রকই। কাবুম মাপল য়াত্তুনা শারবা ওইরবা নংগী নশা অত্নু মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিংঙা মঙামরক্না শাবা নসানে। অত্নুগুম্বা নশা অত্নু মপুগী সংলেন লাইশংনে। লাইশং অত্নুগী মনুংদা লাই মহাক্না লৈহৌরগা, নংনা মালেম অহাংবা অসিদা লাই লৈরমগনি হায়ত্নুনা থিরীবা অত্নু তিংকাকোক করিস্থু লৈবমলোই, ওন্নরে নমিং নমাং হোত্রোং হোরে, করিগীনো পারী নংনা পংলিনবু পালেম নমাগী পিবুকনুংদগী লোইনত্নুনা লাক্লবা, ঐ হায়বা অত্নু মহাক কৌবা লাই অত্নুগী হুকচাংদগী খাইদোকপিরক্তুনা তাইবংগী মশাদা লৈরু চংলু নংনা লৈত্নুনা পানলু চংলু হায়ত্নুনা থারকপনে। পলেম নমাগী পাইমা পিবুকনুংদগী মহাক্না লমজিংবীরক্তুনা নংবু পুথোকপীরকপনে। মতাং অত্নুদা মালেম অঙানবা ফাওড্রিঙৈ য়াংদৌ লম্মাখাংদা হায়খিএ। হে অঙাং নাবা নংনা হৌজিক্তি ঐবু নংনা উবা ফংঙিদো তাইবংপানবা ফাওরবা মতম অত্নুদা নিংবা থুংঙরোই নংনা ঐবু উবা ফংলরোই। অত্নুমদি ওইরগা ঐদি অতৈদা লৈগদবা নত্তে। নংগী মশাগী নত্নুংদা লাইপক্কী নমসা পিশুম অনিগী মরক্তা, অপকমা কৌনা লৈগদবনে। মরম অত্নুনা

ঐনা লৈবা মফম অদো লাইপক হায়না কৌবনে, হয়েং নংনা ঐবু নিংজরকপা মতমদা লাইবক্কী নমসা পিশুম অনিগী মরক্তা ঐনা লৈবা মফমনে। মফম অদো ঐবু নিংজরকউ। নংনা ঐবু ঙাইহনা পানলি হায়বগী অঙাই তাইবংপান হায়না কৌও। অসুম্না তাক-পিহনা লাকপনে। ইপানা তাক্লিবা অসিবু নংনা থাজব্রবসু য়াম্না খংহৈবা, লৌশিং শিংবা ওইহনসু থৈদোকপা হেন্দোকপা য়ারোইএ। কোখৌ নেংমদি শোইদনা নংগী নমিত্তা ঐবু উবা ফংগনিএ। ঐ হায়বা ইবুংঙো মহাক্তি মরক মহাদা উবা য়াবা লাই নত্তে। অশেংবা লাই মহাক অহবু মরক মহাদা উরবদি তাইবংপান থাদোক্লে। মরক অসিদা উবদি অশেংবা খোইয়ুম লাই মপু অহু নত্তেএ। তাইবং হকচাংগা শোইনহনা লৈবা সারোই-ঙারোইশিংনা মপু নত্তনা মপু সাবনি অশেংবা ফংলোই কাওগনু। নংগী তাইবং চিঙ্গাক লোম্লবা তাইবং নংগী পুন্সি খোইলেন লোইরবা তাইবং কৈথেল খম্লবা খমনুং অশি লৈবু চিল্লবা ঐগী মতম লোইরবা মুমিৎ অহুদা তাইবংবু শেম্বীহনা কৈদা শোইখিগদগে হায়বগী খোংফম নাম্মতবু লেংদনা লৈরবা মপু মহাক্না হে তাইবং হৌজিক্তি নংগী পুন্সি লোইরে। নংগা ঐগা মশক উদনা লৈমিন্নরকপদা তাইবংগী নুংঙাই কুম্মৈ কয়া য়েংমিন্নরক্লবনি। ঙসি মখৈ লোইরেদো কল্লক-ইদা হন্দক মপোক অসিমগী নংগা ঐগা উন্নররোইদো অসুম্না হায়হনা পিশুম অনিগী মরক্তা মঙাল অহুগা লোইনহনা খোরকলবা মতম অহুদদি তাইবং মহাক্কী চেংলৌ মমিৎ অহুনা মপু মহাকপু য়েংখৎ-লক্লে। মতম অহুদা মমিৎ কুপ্নরোই। তুমিৎ-য়ুরাল হায়জিল্লকনি হায়বা ঙাররোই-খনলরোই। পলেম পস্থৌ হায়না কৌরুরবসু খুম্নীররোই নিংথিরবা মপুগী চেংলৌ শকতম অহু উবদা মিত্তগী পিরাং শিন্থরক্তুনা মপু মাবু চিংনা চিংনা য়েংহনা লৈরক্লবা মতম অদো ঐ কৌবা ইবুংঙো মহাকপু উরহনা কপ্পকলবনে। হে লুরাং কুরুম লৈকোইবা, মতম অহুদা উগদবা মপু মহাকপু নংনা মালেম কোইনা

থিরুরগা করম্না উগদৌরিবনো। নংগা মান্নবা পংবদি মালেম অসিদা লৈররোই। ঐ মহাকপু মশক থংনবা লাইনিং পরৈদি পুরাং, অয়িবা অমসুং চংনবীগী রাংমদা কনা থংহন্দা, কনা উহন্দনা নক্না অমসুং থাপ্না লৈবনে। লিক তাকপনা মপুনি, অথংবনা পন্থৌনি, শিম্থানা পলেমনি। পন্থৌ কৌবদি ইপানা নিংবা পন্থংলে হায়রবগী পন্থৌ কৌবনে। পালেম কৌবদি নরা মাবু তমপাক্তা পমত্থনা নাওয়োক নাওকোল্লে পন্থংলে হায়বগী পালেম কৌবনি। পন্থৌ মশক থংগে হায়রবদি পালেম নমাগী ফিজি পাইত্থনা য়াম্নৌও পালেমদা চংজৌও। অত্থগা ঐ মশক থংগনি হায়বদি ঐ কনানো কনাগী মহুৎ শিনবা লাকপনো তাইবংদা করি পুত্থনা লাকপনো তাইবংদা কনাগী করি শিন্থা তৌগদবনো চাকচা য়াহিপ-ফমফম, য়েক-শলাইগী নাহেল্লবা পোংলমশিং মশক থংনা অমদি চাহৈদবা পুম্নমক চারুগনো য়েংহৈদবা য়েংলুগনো তাহৈদবা তারুগনো নত্তবা মিংয়েং শাজং চংলুগনো। পোং মশক থংনা মতম থংনা লাইগী মথৌ মত্তম তৌও। নিংবা হায়বা অসি কনামতনা থংদবা কনামতা উদবা ইসাদনা থংজবা অরোনবা অমবা পন্থৌ ঐ হায়বা মপু অত্থনি। সোনবনা অঙানবা অকোংবা পলেম ইমা লৈমরেন শিদবীনে তাইবং মীওইবা নথোয়দি মথক মথা ওন্নবনে কাওগনু। লিক-লমদা কাংখু হল্লগা, কাংখুন্দা মরূ থাওও। কৈদৌই হায়বগে তৌদহৈদে হায়বা রাহৈ অসিনা চাক চাগ্রিং অমনা চেংকোক অমা মাংবনি কাওগনু। ঐ মশক থংনা চেংনা নিংজরগা হয়েং শিরবা মতমদা মহাক্কী মতুং ইনজরগা পাক্লবা ইথৈ চাংদোনবু মহাক্না লানবীরগা তেংবানবা মপুগী হকচাংলেন্দা পুশিনগদবনে। মরম অত্থনা ঐহাক হায়বা মৈ, ইশিং, নুংশিং, লৈপাক, অতিংঙা কৌববু মশক থংগনি। কোরৌ থক্তা লৈবদো মালেমদসু লৈবনি। মালেমদা লৈবা অদো তাইবংগী হকচাংদসু লৈবনি। তাইবং নখোইদি মরোল অহুমগী মনুংদা য়াইদা লৈবনি। অত্থগা অমনা

ঐ মশক খংগনি মহাক মশক খংগনি। অসুম্না খংলগা পুক্নিং অমতা ওইবা ওইবা ৱাখল্না ঐ মহাকপু নিংজগদবনে। পুক্নিং অমতা কৌববু করিনা ওইগদবনো হায়রবদি য়েৎ থংবা মরিনা খা খোং কৌএ। ওইথংবা মরিনা মরোং খোং কৌএ। ময়াই থংবা মরিনা লাইখোং কৌএ। মৈদগী ইশিং পোকএ। ইশিংদগী মুংশিৎ পোকএ, মৈগা ইশিংগা মুংশিংকা চুশিন্নবনে। ওইথংগী মরিনা ময়াই থংবা মরিদা নংগী ৱাখল্না তিনশিন্নগা, লাইখোং কৌবা মরি লম্বী অতুদা পুক্নিং ৱাখল্না কাখৎলগা, পিশুম অনিগী মরক্তা ইরোং অহুম ফাংবা মরুদা লৈরিনা ঐ ক্নৌবা মপু মহাকপু মুমিৎ খুদিং ভক্তনা অকাওবা লৈতনা নিংজগদবনে। মফম অতুবু য়েনবা হায়তুনা ৱাখল্না কাখৎলকপা মতমদা থোংঙাকপা লাই অমা লৈরমগনি। থোংঙাকলেন কৌবা লাই মহাকপু পুনেমজতুনা থোং অতু হাংদোকহল্লগা চংজগনি। অতুগী মথংদা অমা লৈরমগনি। মতুগী থোং অতুদি থোংঙাক লাইরেনবী হায়না কৌএ। পলেম মমা ওইরবী লাইরেম্বীদা হায়জরগা থোং হাংহল্লগা ঐ কৌবা মপু মহাকপু উগদবনে। হায়রিবা লাইনিং অসিবু মুমিৎ খুদিংগী চারে তুমলে চৎলে মহাকপু কাওফরোই। লুরাং লৈকোইবা মালেম অসিদা তাংলবা লাইনিংনে।

---

মতৌ অসুম তৌনা মঙাং লাইনিং অহনবনা, মপারী লুরাং কুরুম লৈকোইরবদা তাকপিরবদা, লাইনিং লম্বীগী মরমবু অসিবু খংজরবদা, লুরাংনা মঙাংগী মফমদা নোংখোংবগুম কপ্পনা পুনেমজরকই। অসিগী মখাদা শিবগী মরম অমুক পাওহংজরকই। পারি লুরাং কুরুম লৈকোইবা, তাইবংনা পুন্সি লোইরবদা থম্মং শারা তান অমম য়াইখোং কুম্বদি ৱাংবলেন খানা চাওবা কৌবদি খুজিন খাবু খোংবু কৌবনি। খোইদোনা মারচীং কৌবা লাইনা

লৈবনে ; মহাক্তি অমাইখনে থবাক্তা থাংচীং কৌবা লাইনা লৈবনে। কোক্তা কৌপু কৌবা লাইনা লৈবনে। মতম অদুনা লোইরবদা অবংবদা লৈরিবা ঐ কৌবা লাইনা কংলা য়াইপুং য়ৈরক্লে ৱাবগী খোনজেন' মুংশিববু, তাম্না তাম্না পুংলোন (নিপাল্লক) তাম্বাদুনা কৌরক্লে। ( পুংলোন অদুগী মতুংইন্না শিবগী মুমিৎপু থংজগনি।) খুজিন খাদা লৈবা ইখৈ নিংথৌ নামুংবা, লাইজ ইথোং থিংলা নামু থৌখাম্বগী তলং লাইজ ইপোমা হৌরক্লুনা হকচাংগী য়ুম্ফম পুন্নমক ইশিংনা থুম্লক্লে। মতম অদুদা মিহুন-থাহুন পুন্নমক লোৱা য়াম্রদুনা পোংশি-পোংলোইদুনা লো না কাখংনরক্লে। নিংবনা অরোনবা ওইদুনা ইমা ইমা শোন্দুনা কৌরক্লে। অকংবা লম য়েংলদুনা লোইনা কাথংনরক্লে। মতম অদুদা খোইদোদা লৈরিবা তলং হিলেন হোনবা অমাইবা মারচীংনা হায়রকই। পারী ইমোম নখোইবু কৈদৌবা লাকপনো পাও হংলবদা মিহুন থাহুন সারোই ঙারোই পুন্নমক্লা হায়রকই। হে পম্মৌ, ননাই ঐখোই পুন্নমক্কী য়ুম অপুন্বা লোইনা ইশিং থুম্লে ঐখোইগী লৈফম লৈতরে হায়না পাওলমলবদা মারচীংনা হায়রকই। পারী ইমোমসা নখোই নখোয়গী লৈফম লৈরোই নপা মরু শিদবা নমা মরু শিদবী থিবীগে লৈফম তাক্কে। অসিদগী লাইখোং কৌবা ময়াই থংবা মরি অসি কাখংলগা পিশুম অনিগী মরক সাইপক্কী নমসা মফম অদুদা লৈরমগনি চৎলু ঐদি হৈহাক কোম্বহৌথিগে। খোইদৌ চুপ মরি ফুক্লগা ঐম্বু কংলা কায়রগে। নখোয় হান্না কারমলো হায়না তাকপিরক্লবদা মিহুন-থাহুন সারোই-ঙারোইশিং অদু হয়া শোল্লদুনা কারক্লে। থাংচীং কৌনা লৈবা থাবাক য়ৌরকপদা চনিং হাপথ্রে থবাক ৱাংখৎলক্লে। মতম অদুদা থম্মোয়গী মৈ তরা-নিথোইবু থাংচীংনা হৌগৎদুনা য়ুম অসি শিন্দোক্লগে হায়দুনা থাগৎ-লমলে। থাংচীং মৈ, উগী উরেন মৈ, সদু-তেক চাকমৈ, হেনবা পামচাক মৈ, লমজাও খাম্বী অকন মৈ, চাপোক কাদাম মৈ, সংলৌ য়েনসৌ

মৈ, ভারা চাকসৌ মৈ, অমন সিংগুম মৈ, চিংঙু মখৌ য়াংগে মৈ, খাম্বী মৈথাং থৌ মৈ, অখম অচাও মৈ, হায়রিবা মৈ মরম তরানি-থোইমকপু হৌগত্তুনা থাগৎলম্লবদা, খাম্বী মৈখু মৈশাং খাংবা ঙমদহুনা অয়ো ইমা হায়না সোনলক্লে। মতম অহুদা থরাই মঙামক্না নহাননোং নারা অঙাং ওইরিঙৈদা লোইদাম থাবুম তরেৎ শুরকপা মতমদা পলেম মমা অপোকপীনা চারা চাউম তমখিবা চাকপু নিংশিংলক্কুনা মিতা খমদা চাকপু চাগে হায়হুনা থরায়মঙা থৌরাং-লক্লে। অয়ো চৈথেং খাংবা ঙমদহুনা ইমা ইমা হায়না শোনলহুনা মালেম লৈদা ওনলক্লে। মতম অহুদা পারী লুরাং কুকম লৈকোইনা মৈচাক অহুবু খোইয়ুম কোনলোই মিংথৈ অমনা মুৎপা ঙমদে। ইমা ইমা হায়বা মিংথৈ অহুতনা মৈচাক অহুবু ওগাক ঙহাক্তুং মুৎপা ঙম্মে। মরম অসিনা কোরৌ নোংনা রাংবরা, পন্থৌ ইপানা মহেনলি, মমলেম লৈনা লুম্বরা, পলেম ইমানা মহেনলে হায়রিবদো। মতম অহুদা মিহুন থাহুন সরোই-ঙারোই পুম্নমক থাংচিং তম্না চেনশিল্লক্লবদা থাংচীংনা হায়রকই। পারী ইমোম নখোয়বু করিগী কারকপনো হায়না পাউ হংলবদা, হে পন্থৌ ঐখোয়গী লৈফম লৈতরে। য়ুম পুম্নমক লোইনা ইশিং থুমথরে হায়না পাওদমলবদা থাংচীংনা হায়রকই য়াররোই নখোয়গী লৈফম লৈররোই ঐস্থু য়ুম অসি শিদোক্লগে হায়হুনা মৈ থারবনে। ঐস্থু লৈফম লৈতরে লাউ ঐ লম চিংবীরগে হায়হুনা থাংচীংনা লমজীংহুনা কারক্লে। অস্থুন্না কারকপা লমহাম-পুং কৌবদি থৌনাওদা লৈবা সনমরুম শাবা তিংগী অথম্বা তিংখম অহুনে। মফম অহু য়ৌরক্লবদা থদাং ইনলক্লে। মতম অহুদা থাংচীংনা হায়রকই। পারী ইমোমশা মফম অসিবু লমহাম পুং কৌবনে, অদগী ম্নাচীংগী মতোন্দা স্থরুং অনি লৈরিবা অসিনা কোংথা মৈরোম্বী লমপুন হায়না কৌএ। খমনুংগীদি নোংথৌ তুরেল কৌএ। মীওইবনা হোল্লিবা নুংসাবু তুরেল কৌএ। অসিনা হেক খমখিবদা তুরেল লানথ্রে। অহুগা থোং নখাং হায়বা ইকম অসিদা ভাকলেন

কৌবা লাইনা থোং ঙাক্লি। মঙোন্দা হায়জরগা চংগদবনি। অসিগী মথংদা থোংঙাকপী থোংঙাক লাইরেম্বী পলেম মমা খরুং লিংবী গনি। লাইজ ইশিং থক্লগা অরাম্বা খৌরাংবা কোক্কনি। অদুদগী লুরাং খোংহামপাক্তা ইরু সন্দেংলগা চারৈ ফিগু ফিজামলগা, চেংহি সম্বান লাংলগা, মুংশেন খোংদা শকয়েং (মুংসেন) য়েংলগা (উকাই) শমচেং কাংনান হাত্তুনা নমশা পাক্লে নমলগা তাইবং শেম্বা মপুগী মফমদা চংতুনা খুরুম লৈপাইজরগা, মহাক্তা পুৰীতুনা কোয়ৌ নোংগা তানলগা, মহাক কৌবা মশাদা তিনখিগদবনে। পারী লুরাং কুরুম লৈকোইবা শিবগী মরম ইপানা নংগী নফমদা মথংশিংমা লিরবনে। মীওইবগী মপোক্তা মুমিংকী ময়ুং মফেল খংনা চংলগা লাইগী মফম য়োগদবনে। ময়ুংদা চংলগা লাইফং ঙে, মফৈদা চংলগা অরেম্বদা মাংঙে। থাগীসু ময়ুং মফেল খংগদবনে। ময়ুংদা চংলগা লাই ফংঙেমফেলদা চংলগা অরেম্বদা মাংঙে।

---

শগোলসেন, ইরাই, থাংজ অহুমক্তি ময়ুংনে। নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈশ মরিমক্তি মফেলনে। রাবচৌং, ইঙা, ফাইরেন, মেরা, কালেন, পোইন্তু থা, তরুকমক্তি ময়ুংনে। ইঙেন, লাংবন, থৌরান, হিয়াঙ্গৈ, লমতা, শজিবু, থা তরুকমক অসিদি মফৈনে, মরম অসিবু চেংনা লুনা খংগদবনে। হে লুরাং নংগী নংগী নপা নাপু পোকপা য়েক সাইলাইবু মশক খংনা লাইনিং পরৈ চেংকদবনে। নংগী য়েক শালাইনা পুবা পুবা পুংফম হায়গে। লুরাংগা খাবগা ঙানবগা অহুমক্তা চংপা পুংফমদি মুমিং ভাবা য়াচংবদগী পুং নিপাল ফাওবা খাবগা ঙানবগা অনিনা চংলি। পুং নিপালদগী লোংয়াই তানবা ফাওবদি লুরাংনা চংলি। নোংয়াই মতুংদগী নোংঙাম্বা পুং ৮ (নিপাল) ফাওবনা মঙাংনা চংলি। পুং নিপালদগী মুমিং য়ুংবা ফাওবা অঙোম্বা

চৎলি। মুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং নিপাল ফাওবা মোইরাংনা চৎলি। পুং নিপালদগী নোংয়াই ফাওবা খুমল্লা চৎলি। অসুন্না হঙ্গৎ-হন্দা সিলোন-সিনজিন তৌনা পুনৈয়ে। ঐগী ইপা ইপুনা পুবা মতম অসিদা লাইবু নিংজরবদি ইপা ইপুবু শোনজরবদি ইপা ইপুনা পুসিনবীদুনা লাইবু ফংজৈএ। ইপা-ইপু মরক তিনবা কৌবনে। হে লুরাং কুরুম লৈকোইবা অসি অহিং য়াচংবা তমগদবনে। অসি কৌবদি তুম্ববু অসিবা কৌএ। কিকপ থোক্তুনা রাখল লাক্লববু অহিংবা কৌবনে। তুম্বদসু ইপা ইপুবু নিংশিংগ-দবনে। মিকপ থোক্লকপদসু ইপা ইপুবু নিংশিংগদবনে। চৎপদসু ইপা ইপুবু নিংশিংগদনে। অসিবু পুতিন কৌএ। হে লুরাং লাইরম লুতিনববু ইপাগা ইপুগী মরক্তা চংজরগা লাইরম লুতিন চংবা কৌএ। তাইবং মীওইবনা মরম অসিবু খংদবনা অরেম্বদা খৌসাদুনা লৈনরি। তাইবংগী পুন্সিদি নোংম নোংমগী হৌজিল্লক্তুনা মতম অসি ঙাইবিয়ু হায়বা য়াদে। নোংমদি ঐগী হায়বদো পাঙ্গল কল্লি হৈ শিংবা ঐ মঙাইরে হায়দুনা থৈদোকপা য়ারোই। মীওইবনা থৈদোকপা ঙমদবা নোংমাদি ঐগী হায়বদো সোইদনা লাক্কনি অদুদা নিংঙমহৌরোই। য়াইবী লিক্লাং তৎত্রিঙৈ অচংলৈববু চিল্লিঙৈ ঐগী রাখন্না লাম্বা ফংলিঙৈদা লাংজহৌগদবনি তানজহৌগদবনি। থম্মুং সারা তানলবদা লিক্লাং চোইনা কেনলবদা কনানা খুম্বীগনি। মপু মহাক নত্তনা কনাসু ঙমলোই। তাইবংগী পুন্সিদি শিংঙেন লৈরাংগা পান্দমনে থম্বা নাইবা পুন্সিনে লৈরাং লৈমন চন্দ্রিঙৈদা নাকোংনা তারিঙৈদা মপু মাগী মিংথৈবু তানজগদবনে। মিৎনা উরিঙৈদা লাইফম অয়াম্ববু উজগদবনে কাওবা য়াদ্রবা তাইবংগী মপোকনে। মীওইবগী মপোক্তি চেক্লাগা পান্দমনে। পামেন উনা পুংবদা অহিং ইমুং য়ারেক্লমলগা, ইমুং সোরা ঙানলবদা মানা মানা পাইনিংবা লমদা চেক্লা চাক্তাবা পাইখিবগুম নোংমদি শোইদনা পাইখিগনি। নাপিনা খ্বাইদগী মথা পোনবনে। নাপী মহাকী

মতৌগুম্না অনোনবা ৱাখল্লা লৈগদবনে। পামেন উনা থাংবা কনবগুম থাংজগদবনে। মহুনা খ্বাইদগী অথোইবা নরল ওইগদবনে। ঐগী মরু মুমিং মশক থংগদবনে। মুমিং অহুদা লাকপনে মুমিং অহুদা হনলগা খোইয়ুম লাইবু ফংগদবনে। মুমিং অহু তাইবং-পানগী মপুনা মুমিং অহুদা হনলকউ নংগা ঐগা উনসি হায়হুনা মপু মহাক্না তাকপিখিবা য়াথংবু লৈবনে। অসিবু কাওথোক্তুনা ঐনা হায়বনা অচুম্বনি, ঐনা হায়বা লৌ, ঙাংবা কনবনা অচুম্বা শকপা, সাইবা কল্লগা ওইনম্বা, ফম্বা কল্লগা ফমমেন ফম্বা, থংনা থংনা থংদবা, উনা উনা উদবা, অচুম্ববু অরানবা ওইবা অরানবনা অচুম্বা শকপা, মশাবু মশানা মশক থংদবা অচুম অরান য়েংনবগী লোইবা নাইদ্রবা ঐনা মহেক্নে হায়বা অহেনবা তান্নবা অঙাই তংইবংপান্নি। ঐবু কনানম্থু থোদাহুনা চুমথোকপা ঙম্মোই। ঐদি ইশা ইতোমতনা থংজগনি। ইশা ইতোমতা পুক্রিংদা হংজরগা ৱাখল্লা ইতোম লেপচহুনা থম্মুজরগা অচুম অরান থংহুনা ঐবু ঐনা মশক থংগনি। মপুনা ইতোম থারকপনি ইশা ইতোম লেপচগনি। লাইনিং পৈরেদা অচুম অরান য়েংনবদি থুমু কৌবী চেক্লাগুম্বনি। নহাল নোং মপুগা উন্নশি হায়না থাবা শোইবা য়াদ্রবা মুমিং মতম পুংফম অহুদা তাংজ লিলনা মখুল চংলম-দাইদা চুমজ্রিং চুমই হায়বা অহুতনা থংলগা লোইগনি। পারি লুৱাং নংদি লাহান নোং পোইরৈ খুনথোকপা পোইলৈতোম লৈনাওতাবী অনিমক্না পারি নংবু পোক্লবনা নৱা অঙাং ওইরিঙৈদা থমমুং সৱা তান অমন য়াথোং কুমাইহুনা থমমুং নিংথৌ থো-ঙালেন শিদবগী মকমদা থুংলুরবদা, থমমুং নিংথৌ থোংঙালেন্না নৱা নংবু কনানো পালেম পন্থৌ অনিমকপু মমিং করি কৌবগে হায়না পাওহুংলবদা, ঐবু পোকপা পালেম পন্থৌ অনিমকী মমিংদি ইপানা পোইলৈতোম কৌএ ইমানা লৈনাওতাবী কৌএ হায়না তাক্লুবদা লৈমুং থোংঙালেন শিদবনা চানবীহুনা নৱা নংদি

তাইবংপানবগী মপোক্তা অমুক হল্লা পোকলুও। থোংভালেন ঐনা সিন্থোং সিনশু মীয়োন-লাইয়োন লাইসোন-তিনসোন অতাই ইরাৎ, মথৌ য়াংগোইবা, চুপশা মোইথেম পুন্নমকপু লোইনা তম্বীরগে লুরাং সাগৈ পুন্নমক্পু তম্বীরুরো লোইনা সিংহনলুরো। নমিংদি সিংদ পুং কৌএ। সিংবা মপুং ফানা চৎথবনে থমম্বুং লৈপাক্কুগী য়াংনা হংনখিবনে হায়বগী য়াংহন্বা কৌগে। পারী নব্রা নংদি লুরাং সাগৈ মরক্তা চংহনা পোক্লুরো হায়ত্তুনা লৈম্বুং থোংভালেন্ সিদবনা অমুক্ হল্লা সিগৎ-পিরক্লে। নপন পম্থৌ লুরাংপা মিংনবা পালেম্ নমা সম্থোং হুইমু লৈমাগী পিবুকনুংদা চংহনা পোক্লরে। পারী নংদি সিংবা মপুং ফানা লাক্লবা লুরাং কুক্কুম্ লৈকোইবা নৎতবরা। হৌজাক্ত মতাং ঐনা খংবা সিদ-য়াই নাদ-য়াইবু তাক্পিগে, মপোক তরেৎলক নমু তাইবংমী ওইনা পোকদবনে। অদুগা চহি চাতরেৎ পুন্সি মুংশাংগদবনে। শিদ-য়াই নাদ-য়াই হায়বদি হৌরককমবু মশক খংবা পুন্সি ইরান লৈবু, সিংঙেন লৈরাং থুমখোই লৈহিবু, মুমিৎ খুদিং থকচা অসিবু শিদয়াই নাদয়াই কৌএ। পুন্সি ইরান লৈ কৌবাদ অতৈ নত্তে, ঐ কৌবা লাই মহাক্তা তাইবংগী পিশুম অনিগী মরক্তা লৈরগা মহিলেন অরুববু মরি তত্তনা মুংথিল লিক্লা কংদনা নোংদম্লিববু পুন্সি ইরান লৈ কৌএ। লৈরাং লৈহি থুমখোইববু থোইদো মথা কুদোল অনি মখাইদা লৈবা লৈমালেন লৈচিক কর্বীনা মুমিৎ খুদিংগী লৈরাং লৈহি থুমখোইববু য়াজরি। পালেম নমা লৈমালেন শিদবীনা লেমথরকপবু থৌরাই মভামক্তা থকচবনে মরম অসিবু কাওগদ্রু। মপোক তরেৎলক মীওইনা পোকদবনে অসিবু শিদয়াই নাদয়াই কৌএ। শিদবা য়াই কৌবদি হৈদ্রেং নংনা অনাবা শিংগুল্লবদা ইরুদনা সেং, চাক চানা হিংবা কৌবাদ, অ হায়বা ময়েক অসি হেক শোনজবদা নংগী নশা অদু ইরুদ্রবস্রু সেংলে, চাক চাদনা হিংবা হায়বদি নবা অতাং ওইব-শিংনা মখুৎকী থুবী অনি চুপ্লিবা অদুবু অরাম খোরাংকা পুন্নমক

কোকপনে। মরম অতুগুম্নহুনা পী ইমা ওইরবী খুৎপী অনিমকপু মঙারক চুপক্লি। খোংবী পা ওইরবা অনিমকপু মুমিৎ খুদিং চুপক্লি। পা, পাথংবগী মমৈবু ময়ানা চিকপা কৌই। সাজেন অসিদি শিনিংলগা তোক্লগা শিএ শিনিংত্রগা তোক্রগা শিদেএ। মরম অসিনা শিদয়াই কৌএ। ইপানা লাংহৈগী বাবু হায়গে তাও। তেংপানবগী মপু মহাক্না নামু তাইবংচাবু নোংদম্বীহুনা শেম্বীরকপদা কুয়োম তরেৎ কুরোল মাপল হায়না নোংদম্বীহুনা মশাদা থম্বীএ। শম, তু, মিৎ, নাকোং, চিন-য়া, মাতোন অসিবু লেম্না লৈবা নত্তে। নাকোংনা তাবনে মিৎনা অপাম মুংশিগী মশক্কে চিন্না ঙাংনবা সোন্নবনে, মিত্তগী পানা লৈবা খৈবীকপু পাবনে। তাইবংগী মতিল মরাই ফত্রবদি অমদি কুরোল মাপলনা য়ুম চংলবদি মিত্তগী পা অমবু লৌরগা ( পা নংদি তাইবং মপুনা লৈবা খৈবীকপু পাউও হায়না থম্বীরম্বনে, মতিন-মরাই ফত্তবা কুরোল মাপলনা য়ুম চংলক্কদবা পুম্নমক অসিবু কুমসিগী চহি অসিনা নোংমৈগী চহি য়োৎত্রি কাউ বংনা পাত্রো হায়না ম্বরনা কামথোকখো। ) কুম অতুগী অনা অয়েক লাংফমদি লৈত্রে। মরম অতুগীবু লাংহৈ হৈবা কৌবনে। মীওইবগী অপোক্তি অতাংবনে হৈত্রবদি অরেম্বনে। নামু মীওইবদি হৈরবদি শিবা লৈত্তে হায়বদি শিরবসু মশক্কা ওস্থোকপনে। ইপা ইপু লাইওইবশিংগী মরক্তা তিনজরবদি অতুম্মক শাগৈগী মরক্তা মী ওইনা পোক্লচম্বনে। পুলোন তরেৎনা নোংথৌ কৈরাক ওইহুনা কারগা খুদা বিশালবু তান্না ফংবা ইপানা তাকপিগে। নশানা নমাদা তিনলো; নপানা নপুদা তিনলো, নপুনা নপুথোদা তিনলো, নাপুথৌনা পুরেন্দা তিনলো, পুয়েন্না পুরেন নাক্কপদা তিনলো, পুরেন নাক্কপনা সালাই তরেৎ পোকপা পাথংবদা তিনলো, পাথংবনা পালেম মমা লৈমালেন শিদবীদা তিনলো। খুদা নিপাল অসিবু ক্লাজ-ম্নবদি লৈমালেন শিদবীনা, তাইবং মপু শিদবা লৈমালেন শিদবীদি

মশা অমতনে। অসিবু লাংয়েন মাপল তিনবা খুদা নিপাল কৌএ। লাহান নোং ক-হুং-ক কৌবা চক্লা তেংবানবা মপু শিদবনা য়েংথংবা সাখাইনা পাগী মশক ওইখি। ওইথংবা সাখাইনা পীগী মশক ওইখিবা মরম্না অমতনে পারী লুরাং কুরুম লৈকোইবা, মরম অসিবু সমপুল লাংপুম কৌবনে। থৌরাই মঙাগী মিংলেন শিদবা লাইসোনবু ইপানা মথংশিংনা তাক্কে। অ-ঙ-চা-রা-থা অসিবু হুমিং খুদিং সোনজরবদি থরাই মঙানা কুবীবনে, হুকচাং ময়েং তাদবনে, খাপ্পী মরাং হৌদবনে, লাইজ ইথিল নাইদবনে, মালং মুংশিং শাহুম নাইদবনে, য়ার্কম মরা চেংপনে, কুচু কুমেন মাংদবনে পুন্সি মথোই তোংবনে, হৈয়েং শিবা মতমদা নম্বিং চেংকুপ শিরদবনে।

---

পারি লুরাং কুরুম লৈকোইবা হুমিং চায়োন তরেৎমক্কা পীহৈদবা রাবু হায়গে তাউএ। চায়োন তরেৎমক্কা পীহৈদবা পীরুরগা পুন্সি ময়েং তাইএ, লাইর অতোন তাম্মে, চাকতোন ফিদোন লোমএ মচা মগু পুন্সিদে অরুবা রারমবু ইপানা খাকপা লৈতনা তাকপীগে। কোরৌ নোংমাইচীং কৌবদি তাইবংপানবগী মপু শিদবনা তাইবংপানববু সাসেমদরিঙৈদা হৈয়েং তাইবংপানবগী থৌরাই হিংনবগীদমক লোইমোম ফৌওইবীবু পুথোক্কে হায়রবগী কোরৌ নোংলানপান্দা কোইনা কোইনা য়েংলগা লৈমারেন শিদবীবু কৌরক্লনা তাকপিখিএ। হে লৈমালেন শিদবীও, নংদি তাইবং পুম্নমক্কী মমানে নংনা তাইবং নচা থৈবীকপু হিংননবগীদমক লোইমোম ফৌওইবী পুথোক্লুনা লোইমোম ফৌবু পোকহনলো হায়না নোংদমথিবনা হুমিং মতানবনে কোরৌ নোংমাইচীং হুমিত্তা লোইমোম ফৌবু পীহৈদে। পীরবদি পুন্সি ময়েং তাই, লাইর অতোন তাই, চাকনি ফিদোন লোমই। কোরৌ নিংথৌকাবা হুমিংপু

খোইযুম শিদবনা মালেম তাইবংপানবা পুন্নমক্কী চারৈ ফিসেৎ সেৎনা ইন্নবগীদমক মালেম লৈমালেন শিদবীদা সিনৌ লশিং পোকপীয়ু হায়খিবা নুমিৎ মতানবনে কোরৌ নিংথৌকাবা নুমিত্তা ফিরোন চারৈ শেৎনা ইননাববু পীহৈদে। পীরবদি পুন্সি ময়েং তাই লাইর অতোন তাইএ। কোরৌ লৈপাকপোকপা নুমিত্তা নুমিৎপু চিংউ মপুলেন শিদবনা মপারী লাংলেন অহনবা চোইনৌ স্না মহিদা মালেম লৈশেমু হায়না নোংদমখিবা নুমিৎ মতানবনে কোরৌ লৈপাকপোকপা নুমিত্তা মালেম লৈপাক য়োনফদে। য়োনলবদি পুন্সি ময়েং তাই লাইর অতোন তাম্মে। কোরৌ য়ুমশাকৈশা নুমিত্তি খোইযুম শিদবা নামুংবনা মালেম লৈমালেন শিদবীগা য়ুমচংবা নুমিৎ মতানবনে কোরৌ য়ুমশকৈশা নুমিত্তা নিংঙোন হায়ববু পীহৈদে। পীরবদি পুন্সি ময়েং তাই নুংশাং মতোন লোমদে লাইর অতোন তাম্মে। কোরৌ শগোলশেন নুমিৎপু খোইযুম মপুলেন শিদবনা নামু তাইবং ওইবশিংগী থৌরাই য়াইবী হিংনবা হরাও তরাম্নবগীদমক কোরৌ নোংলুমপান অঙোবা, অঙোবা সালেম লৈস্না অঙাংবা কোনলিক লুপা অপান-অক পীহৈদে। পীরবদি পুন্সি ময়েং তাই লাইর অতোন তাম্মে। কোরৌ ইরাই নুমিৎপু খোইযুম শিদবনা ইগী মপোক লৌখিবা নুমিৎ মতানবনে কোরৌ ইরাই নুমিত্তা থৌরাই পানবগী সাগৈবু হাৎহৈদে হাৎ-লবদি লাইর অতোন তানলে। কোরৌ থাংজ নুমিৎপু মালেম তাইবংপানবগী মপুনা নামু তাইবংপানবগীদমক য়োৎথাং পোকখিবা নুমিৎ মতানবনে কোরৌ থাংজ নুমিত্তা য়োৎ-থাং পীহৈদে। পীরবদি পুন্সি ময়েং তাই লাইর অতোন তাম্মে। মরম অসিনা পারী লুরাং কুরুম লৈকোইবা তাইবং মালং পানবা মীওইবনা ঐনা ঐনা লংজরুবনা পুন্সি মতোল লোমদনা পানজবা ঙমদে মহাদা মাংহনা মতোকচে। ঐগী ঐগী লাংফমদি লাইগী রারি তাবা অহন লাইওইবা লাইনিংহনশিংগী মনাক্তা ফমজরগা হংজরগা

লাংফম অদু মরেনজে। লুত্তিন অয়াম্বা মরমশিং অসিবু ইপানা নংগী নফমদা খাকচবা লৈতনা তাকপদি নংদি পোইরৈ সনা মপুংয়োন অসিদা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা কৌনা পান্দুনা খুনচাও লৈচাওনা খুনসেম লৈশেমদুনা মুংভাই য়াইফনা পানলকখিগদবা তাইবং অয়াম্বদা তাকপী তম্বীদুনা পোইরৈ তান্থোং মযুং কুইনা সেম্লক্কদবা ইচানে। মরম অদুগীদমক ইপানা নংগী নফমদা খাকচবা লৈতনা তাকপনে।

---

পোম্বী লাং কৌবা পুরা লিরোন অসিগী ইচেন নিংথিবা থুনখোইবা রারি লমদাংসাং মীওইবা মপোক্কী পোকপা নিংবা শিবা হায়বা মঙম অহুম অসিবু হুনজেকপা য়াদ্রবা লোইনদুনা লাক্লবা তাইবংপানবগী মপোবনে, ইপানা রারিগী মতাং লোম্ল-বনিনা মঙাং লাইনিং অহনবা ঐনা ইরম্লবা লিরম্লবনি হায়না পারি নংনা অমুক হন্না মালেনদা সন্দোকহৌরো। হয়ি পন্থৌ শিদববু সোন হয়া পালেম শিদবীবু সোন্না ইমাই নোংলোন লাইনা পাংবা লমদা কোনশিল্লমলগে। অরাং সারু লুতোংলৈ পুন্সি ইরানলৈ ফা তারৈ চাইসিনলৈ য়াম তারৈ পুনেমলৈ লৈরাং খুজোক কত্তুনা তাইবং শেম্বা মপুগী ভাংলো খাদা হন্না হন্না কোনশিন-জরমলগে। হুঁ-হয়ি-হয়া-হে, অতিংকোক মরু শিদবা য়াইর য়েনহৌদৈদা অমম লৈসানরকপা খেরে মুংগুম তগুপ্পা পোইদিংঙু নোংথাং তলংলেন তাইবং লাইজ ইপোকপা খোইয়ুম সনা খুয়া-লেন্দা তাংজ ইকোক কংনা পুনেমজরি হয়ি-হয়া-হায়ুম।

থিজিন খোৎচিনজবদগী ফংজবা, লাংরোন ১০ গী মওং মতৌশিং—

১। মরাইবক্তা মমিং অমতা পানবা, মচু অমুবা, মনাতোন অনিদগী মৈবী অমমম থোকপা, মনাকোং অনিদগী মৈবী অমমম থোকপা, ময়াদগী স্বর হোন্দোরকপদা মৈবী ৯ ফাংনা থোকপা

খুংশা খোংশা ৯ পানবা, মমৈ পানবা মী মওং মানবা জীব অমনি।

২। মখোং অমদি মপুক ময়াইদা পানবা পুন্না মখোং ৬ পানবা মখোং অমদা খোংসা অহুম পানবা, খোংবদা লৈপাক নিকপা (য়ুহারাবা) চেকথাইবা ঙম্বা মচু অমসুং মওং মতৌনা হঙোই বোরোবী মানবা জীব অমনি।

৩। মনঙ্গলদা শামু ময়াগুম্বা অকনবা মশোং ১৪, মথাদা মসোং ৭ পানবা, মচুনা লৈপাক মচু মানবা, নুমিৎয়ুংবী মওং চীংলাই মানবা জীব অমনি।

৪। মশানা অমতা ওইবা মকোক্না অহুম ফাংনা পানবা, মমৈ পানবা, মচু অঙাংবা কংলা-সা কৈগী মওং মানবা সা অমনি।

৫। কৈগী মমাই পানবা মচু ৭ না শাংনা শাংনা লাংবা লাইরেন মচুগুম্বা নুমিৎয়ুংবী মওং মানবা জীব অমনি।

৬। মশা অমদা মনিং মমাং লিলগী মকোক অমমম পাম্বা লিলগী মওং মচু মানবা জীব অমনি।

৭। মনাতোন্দা ময়া (মচী) অনি পানবা মমৈ পানবা মচুনা উৎমানবা লমওক্কী মওং মানবা সা অমনি।

৮। মকোক্তা মচী অমতং হৌবা মতোন্দা মনিং মমাং মচী অনি লোংবা পুন্না চীরোং অহুম লোংবা ময়াইনা নেম্বা মতাই অনিনা শাংবা ময়াইথংবা মচীনা সনা মচু, মনিংথংবা মচীনা লুপা মচু, মমাংথংবা মচীনা পিথ্রাই মচু ওইবনি। মকোক্না য়োংনা ওইবা মশাগী মচুনা শংবান্নবা কংলাসা কৈগী মওং মানবা সা অমনি।

৯। সালাই ৭ কী লিলনা মখোই মশেল থৌরিগুম মরৈ মরৈ য়েংশিন্নবা লিলগী মচু মওং মানবা জীব অমনি।

১০। মচু অঙৌবনি মনঙ্গন্দা অ[illegible] ফাওবা শাংনা শাংনা কাতুপ ৭ থোক্না লা[illegible] সারেংগী ম[illegible]মানবা ঙা অমনি।

লোইরবা



# লৈহৌ-নোংহৌ

( অহানবা শক্লক )

ফোংদোকচবা

পুমশ্রম্ব কালা মোইরাংচা

চীংঙামথা তোমাল লৈরক ময়াই লৈকাই

কংলৈপাক, ইম্ফাল।

লৈহৌ-নোংহৌ অহানবা শরুক উনমজবা মশিং ১২০০
পুথোকচবা চহি জান্যুয়ারী ২০, ১৯৮৫

লৈহৌ-নোংহৌ অনিশুবা, অহুমশুবা, মরিশুবা, ইমোইনু অহোংবা তুংনকম থৌনিনবা তেংথাবোন, পুন্না লাইয়িক মরি অসি হৈরাংগোইথোং কে: ডি: প্রেসতা নম্নবগী থৌরাং তৌজরে।

প্রেসবা মীশিংগী মামংশিং

১। ক্ষেত্রিময়ুম জয়কুমার সিংহ, চীংঙামথা ক্ষেত্রি লৈকাই।
২। খুমাইরাকপম ইবোচা সিংহ, ,, ,, ,,
৩। ওখেলচংবম দামদর শর্ম্মা, বামোনকম্পু।
৪। ওইনাম ইবোতোম্বী সিংহ, পিশুমথোং ওইনাম লৈকাই।

মমল লুপা ৭/-